# NINGTAMBA AMASUNG NINGTAMBA

*an anthology of manipuri patriotic poems*
*published by aseilup, manipur, 1991*






অহানবা ফোঙবা : অগস্ট, ১৯৯১

পুথোকপা : অসৈলুপ, মণিপুর

ফংফম থোকপা : অসৈলুপ, মণিপুর

মখুম : এম, এল, মোইরাং

মখুমগী ব্লোক : মঙ্গী এন্দ সন্স

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স,
পাউনা বাজার ইম্ফাল

মমল : লুপা কুন্থ্রা

চহী ৩০'৪০ দগী হেনন জ্ঞান তান হিংনদব পুনসিসিদ অরোইব নীংতম্ব ঙাকপ লানগী ১০০ স্থুব নিঙসিং কুমওন অনীরক স্থুন কনাস্থু থেংনররোইদব ইতিহাসকী তাংকক অমনি। য়াম্ন মরু ওইরিব মতাংসি ইবদ, হোৎনজবনি অসৈলূপন থেৎচিন্নব লৈ-নাচোম অমতং ইতিহাসকী সমজিদ। ইকাইখুম্নব উৎচব ওইন নীংতমলাম্মীসিংদ অখন্নব "অসৈবগী সৈরোল" অম সীনজখি খোংজোম স্থুমিত্ত মন্থুং অমদি মপানগী অসৈবসিং য়াওন, কংলাগী ৱাথোক্ল মরম ওইহুন য়ৈথোক-য়ৈসিন তৌরব'তুংদ এপ্রিল ২৮, ১৯৯১ ইংদ। পাথোক-খিব সৈরেংসিংবু খোমজিল্লগা সৈরেং লাইরিক অম পুথোক্লবগী পান্দম মাঙজোনন থমজখি। মতু মঙফাওনহনবতনি অসৈলূপন।

প্রেসকী মীওইসিংদস্থু চপ মান্নন ফাওখিব্র, হেন্ন থৱায় য়াওন হোৎনবী। পূকচেল্ল সেংন সোগৎপীরিব পূম্নমকপুস্থু অসৈলূপন থাগৎচৈ।

১৩ অগষ্ট, ১৯৯১ — খোমজিনবসিং

# নীংতম্ব অমসুং নীংতম্ব

## ১



## ২

# ইমা লৈবাক খুরুম্বা

অশাংবম মীনকেতন

মুংশিদা ইমা কংলৈপুং— পলেম ঐগী অপোকপি,
চীংদা য়েংলুই মমুংশি,
তমদা য়েংলে মমুংশি,
নতু তুবহুম খুদিংদা তাজেনে থরায়না অপোকপি !

লবুক লম্মাং শংবানরায়
মালং কাইদ ইপোম লাং
কাইদ ইপোমনজরায়
পলেম নংগী চরৈনি থয়ুম মানা থারম্বা—

ইমুংদা তনিক তনিক লিক্লানা কোরৌ মশেক তম্ন লাং
হয়িং চাম্মা চাম্মনা তগুপতরেং কোয়না পাই সনাগী
কোঙ্গোন চাম্মা চাম্মনা তরুতহেন তম্ন তাউ সনাগী
সনা ফিগে লময়ৌবি তনৌ তবা শংবানরায়
লৈতেংনজ সনা হকচাং লৈম নিংথৌ চরৈফি
লোইবি চীংগী পল্লোম্নুং ইমা নংনা হেনবা উ
খনজখিদো নচানা পাইমা ঐগী উনগোইমুং
লৈমরগত্রা ইমাগুম্বী নীংথিবি অতে লৈবাক ভারত লৈকোয়মুং
নীংথিদা ইমা কংলৈপুং— পলেম ঐগী অপোকপি !

যুগ যুগ খুদিংদা পলেম চান্মা শায়োন তৌ
কংলৈ থোংজিল য়ৈনা হেন
থাখুম ফিরৈ থুপ্না শৎ
পারি নমোম খোমলাং ইন
তয়ামলিবী ইমা
শকলি ঙসি কৌবা নোং
নচানা
ইমা নংগী জয় !

শমু হকচাং মুংশিবা
য়াইবি থরায় পাম্মুবা
উনগোই পূক্নিং লৌশিংবা
ইমা নংগী থৌজাল লনগু ঙাক্তুনি—
থারমলগে ঙসিদি
লোয়না খোঙাঁ ইমা নংগী নখোঙ্খা
কারমলগে লোইনা অথেন তয়াম পাম্বী ইমা নংগী তয়ামপূং !

লৌয়ো ইমা নচানা
থারিবা খোঙাঁ নখোঙ্খা
কারিবা অথেন তয়ামপূং
মিংকী পিনা চাম
তয়ামপাম্বী পলেম নংগী তয়ামপূংদা হন্দক্কী লাংঙোল !

জয় ইমা কংলৈপূং— পলেম ঐগী অপোকপি !

# খোংজোং লুমীৎ

### রাজকুমার শীতলজিৎ

ঙসি খোংজোং লুমীংনী মৈতৈ-মায়থী-লুমীংনী
মৈতৈ-লিংজেন-ঈখেঙ্দি ৱা ৱা চেন্জখিবনী।
ব্রিটিশ-শক্তি-ঈপাক উং নীঙতম্ মুন্বা লাকখিদো
মায়থীরস্লু উংচখি খোংবান্-নীঙতম-লিংজেন্দো।
ইতিহাস-চেজন্দা ময়েকলানা ইখিদো
মৈতৈজাতি অপিখক লিংজেন্ ফন-ফবদো।
খোংজোংপর্ব্ব-অশৈবা মাস্লু শক্চৈ খোংজোং-লান্
পীক্লেন্-পীকপা জাতিগী লিংজেন-উংপা নীঙতম্-লান্।
মৈতৈ-লিংজেন উবদা ব্রিটিশ-নোংশা অথৌবা
ঙক্লতুনা পাল্হন্খি মৈতৈ-নিংথৌ নীঙতম্বা।
মলেশ মাগী মফমদা কারবস্লু লোইপোত্তো
জগৎ-মাঙদা উংঙমখি মৈতৈ-লম্লাই পান্বদো।
খোংজোং-লান্ফম্-লম্দম্দা থৱাই-কৎপা অথৌবা
মখোয়গীদি লিংজেন্দো চেন্শি ঐথোম্ন খোংখোংপা।
লান্ঙম ফীরান্ থেংনবা চীঙ্বু-তম্বু অনী পুন্
লিংজেন মাঙহন্গম্লুশি হিন্দু-মুস্লীম্-ইশাইপুন্।
কৎসি ধর্ম্ম-লোন্ পুম্বা মণিপুর পলেমদা
মাগী খোম্লাং লমন্দি মপূঙ ফানা শিংশিদা।
শক্শি মাগী কোলোইদি অয়ুক্ এল্হৌ-এল্খোঙদা
শক্শি মাগী মিংলেন্দি লুমীৎয়াচং লাইনীঙদা॥

# ইমা নংগী মহৌশা

## এসঃ নীলবীর শাস্ত্রী

ইমা নংদি মহৌশাগী মহৌশানি
নোংদোল পল্লুবা নংগী হিমালয়
অমৃত পুবী গঙ্গা যমুনা
খোংজোম চন্দ্রনদীগী পীক্লবা ইচেল
লৈহাউ চেল্লবা লৌবুক লম্বাং
পাক্লবা লৌবুক্কী অশংবা ফৌনালক্তা
লিরি হুম্বা মালংগী ঈপোম
ঙসিস্সু অতুম লৈরি নংগী মহৌশা।
খেন্নরিবদি ইমা নংগী নচাশিংনি
নংগী চাউখৎপা অমস্যুং লৈখা তাবগী
সের ফালাগী অরুম অয়াংদি
নংগী নচাশিংতনা ওইবনি ইমা।
উখোং রাখোং য়াহিপ্পা
উনাগী খাংপোকশংদা পোথাবা
শেংলবা যজ্ঞগী মৈথুগা লোইননা
চিংখৈ লাইরেম্বীগী য়াথোকপা কালদা
শকখিবা সামগানগী শৈরোল
এলহৌঙৈগী নচা ঋষিশিংনা
মালেমগী মচাশিংবু য়াকাঈহনখিবা
কৎথোকপনা মখোয়গী লাইনিং ওইবা
মতমতুবুনি ইমা নিংশিংলিবা

মালেম্না মকোক নোম্নরিবা
অফংবা খরনা চরা নোংথম্নবা
লাইর চুদ্দনিবা ঋষিশিংতুনি
লোইনাইদবা জ্ঞানগী লনগৈ পৈশিল্লম্বা।
পীথোকপদা হালেংদবা
অতিথিবু লাইনিং ঙইবা
মশাগী শরুনা তরাগী য়াইফ তানবা
মখোয়গী ফিদম তাইবংনা মকোক নোম্নবা।
ইমা নংগীদমক থবাই কৎখিবা
রাণা শিবা তান্ত্যা তোপে
ঝান্সীরানী গোখলে তিলক লাজপতরায়
গান্ধী জবাহর স্নুভাষ কয়া কয়া
মখোয়তুনি ইমা নংগী ইতিহাস শেম্নম্বা।
মশা মশাগী ওইবা তানবদা
কাঙলুপ খায়বগী লানফমদা
মুপী অঙাং মরাল লৈতবশিংবু
বলি ককলগা অকনবা শকপা
ঙকচাউ থেকনা দেশ ভক্ত শারিবা
করম্না হাংদোক্লসিগেনে ইমা
নংগী ঙসিগী ইতিহাস লমাইসে ?
মফম খুদিং অমোৎপনা থনগ্রবা
অরুবনা মতাইদা অনৈবনা ময়াইদা
অশৈবশিংগী কপচ লাউজবা পূম্বা
উমং-রামংদা রাকৎপতু মঙাইরবা
অসিদগী হেন্না লাইবক থিবা অমা
অমুক লাকখিগদ্রনে ইমা লাকখিগদ্রা ?

# দাকুনি ঐহাক হেরাচন্দ্র

## এলাংবম সোনামণি

দাকুনি ঐহাক হেরাচন্দ্র
ইথৌনি লুত তৌবনা
ইশিনজাংনি মী হাৎপনা
ইরমচৎনি য়ুম মৈ থাবা

ইয়ুমনি জঙ্গলদা চীংলক্তা
মীনা পাক য়ৌঙমদ লমদা।
চিঙ্গাকনি অফং অফংবা
ইথৌরাংনি মুল্লগা চাবা।

য়েংউ অসে আদ নৈরে
মীতোপ খর থুংলরে
শেমলি মখোই লমদনফম
শারি মীরান য়ারেকফম।

য়েরু-অরা মীতোপনি-মীরাননি
য়ুমদাংবনা কৈনাবা
মপু নত্তনা মপু শা
মাঙহল্লি নরল পূম্বা

থম্না চাগুম 'খোম্বীনা
মিকুপ ঙুংদা
চাথোকখিনি নখোয় জঙ্গল
মুংখিনি নাপী শীংবী।

খোপচিনখিনি নয়ুম ইংখোল
মুঙ্খিনি নরৈবাক
লেঙ্গনি নয়ুম'মক্তা
মীনাই ওইনা মীরানগী।

লৈহনফদে লমদন-হল্লোই।
য়ারেক হল্লোই য়ুমথুংহল্লোই
পলহনফরোই মিকুপ'মফাও
তাহনফরোই মমি ফাও

লাও চঙশিল্লু মাঙদা
অথৌ লিচা হেপ্পা'শা
তাম্থোকশি মীরান
মাঙহনশি মীতোপ।

পাইশিল্লকলি কুরাক্লুম
চোংশিল্লকলি কৌজেংগুম
হেঞ্জিল্লকলি নোংমা নোংমা
চেনশিল্লকলি লেপ্পা লৈতা।

লৈবা তারিবরা নঙ ঐ
মীনায় ওইবা নয়ুমমক্তা
শেৎপা চাবা নীংবা থুংদা
পুক্নী পায়ন চদৎননা?

দাকুনি ঐ হেরাচন্দ্র
হিকথরে পাম্বোম ঐগী
লোইনাইদ্রবা মীরান তান
কোকশৌবী রাবন মীতোপ

থাঙগী ময়া কম্বলে
হিকথরে পাম্বোম
অত্থবু তাউ অথৌলিচা হেম্পশা
য়েক্ল মায়রোং য়াবদা

চেনফদে নীংহম্নফদে
লাও চঙশিল্লু মাঙদা
তাম্থোকখিসি নিংথি লাম্না
য়েক্ল অৱা মীরান মীতোপ।

"তাবীয়ু অথৌবা
পুয়াগী ৱা লৈবনি
মীপাইবীম্মু মুংনাংবীম্মু—
তোংজৈ মরীন ফাওবা কান

মৈত্রবাক ময়ায় ফাওন চৎ
নোংপোক থোঙ হাংবা কান
চৎখিগনি মীতোপ মীরান
মফি খুদাং য়ান্ন য়ান্না

খুদাং পিফম তৈন-তৈনা
হন্ন-হন্না য়েং কপ্ন-কপ্না
থাদোক্লম্মী মৈত্রবাক।
পোইরৈশিদা লৈররোই

শোয়ফদ পুয়া ৱা
থাজবীয়ু অথোবা
মীপাইবীন্নু ন্নুংনাংবীন্নু
পোইরৈ অসি ঐখোইগীনি।

অতু নত্তে পুয়াগী ৱা
তাউ হে অথোলিচা হেপ্পশা
খুদাং পীক্ষম তৈন-তৈনা
হন্ন-হন্না য়েং কপ্ন কপ্না

চংখিগনি মাঙখিগনি
তোংজৈ মরীন ফাওবা কান
নোংপোক থোঙ হাংবা কান
মৈতৈতগী ওইজবা

চীং লেম্না লময়োবী
মেঙন শুন্মৎ জগোই খুথেক
থম্মোই তনিক মরাং হৌ
পুন্নীং হুর মোইবুং খোঞ্জেল

থম্মোই নীক্ষা খোয়থুম্নবা
পুংখোল অতু মেলগী পুংলোন
ৱাখল পুন্নীং পুনশিন চিংশিন
থৱাই হকচাং থম্মোই ৱাখল

পুনশিন পুংলুপ
চীং লেম্ন করতাল চোলোম
তুম্নী পাঙ্গল য়াকাইহন শৈহেক
অশীতনি অশীতনি চংখিদোবা

চৎখিগনি মাঙখিগনি
মৈতৈতগী ওইজবা
মীন্নুংশি খঙবা
চাও থকউ তরাম তৌবা

ভক্তি রস নোল্লুক ৱাখল
হায়নবা ৱা ঙাক্লবা
অচৌ পীশক থকসি খাসি
অহল লমন মশক খঙবা

অরিববু নুংশিবা
হন্নাইদ্রবা থৌনা পাঙ্গল
খুদাং পিফম তৈন তৈনা
চৎখিদবা অশীতনি

তোংজৈ মরিন ফাওবা কান
নোংপোক থোং হাংবা কান
মীতোপ মীরান থনবা কান
হন্ন য়েং নীঙমদনা

পুক্নী লানফম থেংনবদা
চৎখিগদবা অশীতনি
অশীনি পুয়াগী ৱা
তোংজৈ মরীন ফাওবা কান

নোংপোক থোং হাংবা কান
মায়কৈ অনীমক্তগী
চেনশিল্লক্কনি পাইশিল্লক্কনি
হেন্ন হেন্না থিংঙমদনা

কৌজেং হারো মীতোপ মীরান
ওইররোই মণিপুর মালেম স্বর্গ
ওইখ্রনি পোইরৈ লমদম মখোইগী
তুম্ননি উ-রা উনা-শীংনা

তুম্ননি লৈঙোই লৈতুম মুংতুম
হিকথখিনি পাম্বোম
হেরাচন্দ্র কয়া
লোইনাইত্রবা মীরানলক্তা

নোংপোক থোং হাংবা কান
তোংজৈ মরীন ফাওবা কান
অহৈব পাখুনি ঐ হেরাচন্দ্র
ঐনি থৌনা পাঙ্গল

অঙ্গো চীংগী নমলোইন্দ
মাঙথ্র মিংচং হল্লিনবা
শেমগৎপা পৃথ্বি স্বর্গ
পোইরৈ মৈক লৈবাক্তা

রাশরী ঐখোইগী
চাম্ফোক্কুনা য়েরুপূম্বা
তাম্পোকখি অতুঙৈ
তরা কয়া

ভাবতদা ইমিং ঐগী
দাক্রু নিংথৌ
কিবনা নিকখি
মখোই পূম্বা

চেনথি শমাজ [redacted]
য়েক্লবৈ খূত্তে কনথি ইরৈবাক
শিন্নরম্ন নীংতম লৈবাক
মথূত্তা লৈবাক মপু
লৈ তাখি দাকু নিংথৌ
লোইশিনথি চহি তরেৎ থূন্তাকপা
পাইথি ফিব্রান ৱাংনা
নীংতম মুংশিংলক্কা ।

# খোংজোং লান

## রাজকুমার ঝলজিৎ

ঈচেল পীক্কা কোলোই চাউরবী
পূন্যচেনবী খোংজোং তুরেন !
ওইরনিদো অসিদি নহাক্কী তোর্বান
বীর পুরুষ চাম চামগী স্বর্গগী লম্বেন !

মমায় পান্দবা মলেচ্ছ অরানবনা অচুম্বা শকপা
লৈবাক মুনবগী পণ্ডিত হুরান লানাদা হৈশিংবা
য়োরকলেনে আদা লাঙথেনগী চীংথক্তা
নোংমৈ তোপ দৃষ্টীনগা কোন্ননা

কাপলকলে তোপ মাখোইগী হন্না হন্না
খাকপগুম নোং, নোং মংদবা অতিয়াদা
মৈবী মৈরিক লোয়ননা তাররে মণিপুর তেঙ্গোল ময়ায়দা
পূণ্য চেনবী ঈচেন্না মায়গৈ অহুমদা কোয়শিনবা !

ধন্য ধন্য মণিপুর ! ধন্য ধন্য মণিপুর লান্মী !
চোন্দে, চোন্দে, খজিক্ক য়ৌনা চোন্দে !
লৈঘিদ্রি নখোইগুম্বদি যুগ, যুগতাঃ
চোন্দে বৃটিশকী তোপ মমাংদা ।

চনঘরে লাঙ্গোয় মণিপুরী তেঙ্গোল
মীশীং হেনবা খুংলাই ফবা বৃটিশ তেঙ্গোলনা !

পাকথ পাকথ চংলকই মরৌ চাউবা মলেচ্ছ
মরৌ চাউবা জঙ্গলা শানা মরো চাউনা চংপগুম ।

থাংগা থাংগা য়ানথেকনা
নোংমৈগা নোংমৈগা কাপশিন্না,
থেংনরে লানভম হকথেংননা হাৎনবা
থেঙ্গাইনবা মতৌগুম অচৌবা চীংজাউ অনিনা ।

অমুক কনবা লানভমদি হকথেংনবা লানভমদা
থেংনখিদ্রি অমুক্তা ব্রটিশমক্না কদাইদা ।
সনা লৈবাক পম্থোগী সনা সম্মান কন্নবা
নোক্না নোক্না থরায় কংলি মণিপুর তেঙ্গোল অথোবা ।

নত্তেনে অচম্বা লান খোংজোং লান্দি অচৌবা ;
লৈহৌরনি মতম চূপ্পা সনাগী কালিনা ইতুনা
লামায লামায় খুদিংদা লোইনাইদ্রবা ইতিহাসকী ।
ঙমদ্রিভাউবা শোক্নবা লান্নি স্বাধীনতাগী, সাক্ষী ওইয়ু
খোংজোং তুরেন ।

# পোনগী চেক্লা অমদা

## তখেল্লম্বম থোইবী

পোনগী চেক্লা মুংশিবী !
কুমজা কয়া লেল্লুরবী
মল্ল পোনগী পোন্মৃংদা
পাইজরে ঙসিদি মনিঙতম্না ।

তূফাঙ খপ্পা পাইজরে
হাঙল-তাইবং মালঙদা,
য়োনিঙবা লমদম য়োজরে
চানিঙবা উহয় চাজরে ।

ঙসি কৌবা মুমিংসে,—
ইফদবু ফজরে য়েংউ-য়েংউ খুদিংগী
ইমুংতবু মুংশিরে তারু-তারু খুদিংগী
চীংয়া তময়া, উমং-রামং
লোইনা মরোল থোকখরে ।

ঙসি কৌবা মুমিংসে,—
মুংঙাইরেদা মুংঙাইরে, হরাওরেদা হরাওরে
'সিদগী হেন্না মুংঙাইবা কদাইদবু লৈরিবা
'সিদগী হেন্না হরাওবা কদাইদবু লৈরিবা !

যুগ কয়াগী লাইনিঙনা
মহাত্মা কয়াগী তপস্যানা

সহীদ কয়াগী ঈগী বলীদান্না
ফংজবনি ঐখোয়না, মমল নাইদ নিঙতম্বা
সুক্কদেব, ভগৎসিংহ, পাণ্ডনা
কয়াগী নোমজমন মহয়নি
ঐখোয়না ঙসি ফংলিবা
ইনিঙ তম্না হিংলিবা।

অহুবু—
অরাবদি, হরাও-তয়াম মরকসিদা
থুংলরে থোঙজীন্দা অরাবগী পাউজেল,
পেন্দবগী রাকৎ, চাদবগী মৈচাক
মিকুপ্তা মাঙগ্রে নিঙ-তম্বগী শুংঙাইবা।

অকনবনা অশোনববু, অরৈবনা লৈতববু
নৈহৎপিবা, ওৎপিবা, হৌনশারা মসিবু,
মরাল লৈজদ্রবী কয়াগী ঈতনা
লৌখোং ওইনা চেনখিবা।

মালেম লৈমা ইমানা থক্-থক্ নীক্লা খাঙখিবা
মমা ওইবীশিংহুনা থবাক খুতুম শুহুনা
ওন্ন-থোইনা খাঙখিবা
কাউবা লৈরোই কনাম্সু, মালেমসিনা মুত্রিখৈ।

অমরোমদা—
ধর্ম্ম তিন্নদবগী, জাতি খেন্নবগী
য়েংথিনবা, শুংশিনদবা, তুক্কৎচনবা
হু'সিগী মৈরীনা শীল্লক্লে মফম খুদিং
মরাল লৈজদবা কয়া চাকথেক্লে মৈরীসিনা!

কৌরক্লে, ভারত ইমানা খোস্থাঙ চাম হাপ্তুনা—
পারী ইমোম নখোয়বু তাদবরা ইমাগী য়ারাসে,
নত্তবরা নখোয়’পূম্বা নমা অমতগী মচা
চাউরকপা নত্রা নমা অমতগী খোল্লাংনা।

নখোয়গী শিংলিদা চেল্লিবা ঈ
নত্তবরা ভারতবাসীগী ঈ,
করিগীনো কাউরিবা “ঐখোয় অমত্তনি”
করিগীনো খন্দ্রিবা “ঐখোয় ইচিল ইনাওনি!”

হে! ইরৈবাকচাশা, কাউরবরা বাপুজিগী পাউজেল,
“অহিংসা পরম ধর্ম্ম”
করি লৈরি মালেমদা ’সিদগী হেন্না কনবা খূৎলায়
নত্তবরা ফিদম মালেমগী।

শক্তি পাম্বা কাঙবুনা
শক্তিতবু তান্নবদা, ময়াই কারবা লিনগুম
চিক্কে তান্নরি মীপূম খুদিং
খনখিদরে মীমুংশিগী রাদি।

শান্তিগী পাউজেল্লা নিল্লবদা তাইবং
কদাইদা লৈরি হিংসা, মুংশিনদবা,
হুন্দোকখ্রো লাপ্না মরু ফুক্না অতুগুম্বা রাখল
থারসি শান্তিগী পাম্বী মালেম শিন থুংনা।

মুংশিবগা মান্নবা করম্বা ধর্ম্ম’মা লৈরি
মুংশিনসি ঐখোয় মশেল,
হিংমিন্নসি অমতা ওইনা
থাদোকসি হিংসাগী রাখল।

কুচুনা, জাতিনা ধর্ম্মনা
খায়দোকপা য়ারোই ঐখোয়বু
ঐখোয় "মীনি" "মী", মীওইবা জাতিনি ঐখোয়
লাইগী মচা ঙাক্তনি।

হে ইমা,

ভারতী, পীনবিয়ু নচাশিংদা
অতুগুম্বা শক্তিদো
মুংশিনবা ঙম্বা ঐখোয় মশেল
লৈমিন্নবা ঙম্বা অমত্তা ওইনা।

# মেল্লৈ চরোং

বিঃ জয়ন্তকুমার

মেল্লৈ চরোং কংকে নীং,
        য়েংলুবদি শাংলমদ্রে।
খেল্লি পাম্ন তপকে নীং,
        অহৈবদি য়াওরমদ্রে।
নগুণ শৈথা শক্কে নীং,
        ৱাঙম তেংথানখিদ্রে।
মৈতৈ কোলোয় থাগে নীং
        পোইরৈ শৈশরুখিদ্রে।
ইপুরোইগী মুংশিবশিং !
        —তায়ওন্নরে ; ৱারোম্মু।
মোইথাপ লংচুম নাইগে নীং,
        শিন্নৌ লশিং হৌরমদ্রে।
তরেঙ লেংওং পানগে নীং
        তওং তমং-উখিদ্রে।
চরৈ ফিশা তমগে নীং
        ইয়োং শিল্লম পানখিদ্রে।
নাচোম খুদোল লানগে নীং,
        পোইরৈ লৈচল শুখিদ্রে।
ইপুরোইগী অথোবশিং !
        —লম্লাম্নরে ; ৱারোম্মু।

তেৎনৌ য়োৎপু খীংগে নীং,
ককচীং য়োৎপান্নখিদ্রে।
খয়ী থুমদী তাইগে নীং,
শীখোঙ শিন্নাইখিদরে।
চৈরাউ চৈথা য়াওগে নীং,
চৈথারোলদি শকখিদ্রে।
চেঙহী শম্বাল লাংগে নীং
চরোৎ পুংফাই মীরায়খ্রে।
ইপুরোইগী য়াইওইবশিং!
—লীকফাংনরে, ব্রারৌমু।
কংলা ফম্বাল তোমশাৎপা,
ইমীৎসিনা উরক্লি।
রায়েল রাচুম শুরম্মী হায়
ইনাসিনা তারক্লি।
থোকহৈদবা ঙাক্ক থোক,
নমু পোংনি হায়নীংদ্রে।
কদায় পোইরৈ রাখল্লোন!
মালং চীকমাঙনখরে।
ইপুরোইগী অপোকপশিং!
—লম্মাঙনরে; ব্রারৌমু॥

# খোংজোম তুরেলদা

**শঞ্জেনবম ভানুমতি**

ঈচেল তপ্পা চেল্লিবী
য়াঙগংলবী খোংজোম তুরেল !
করম্বা অরোনবা ৱাফমনো থূপলিব।
ফোঙনিংদনা লুরবা ঈরোম্মুংদা নঙগী ॥
উহৌদ্রবা মুমিৎতুগী থোদোক ৱারীদো
ঈরৈবাক্কী ঈনিংঈখা তম্লবা
থৱায় কয়ানা পোম্থানখিবা
বোম তোপ কয়াগী মায়োক্তা
থাঙলেন্তনা জগোয় শাখিবা
হুমাঙনা চোৎলবা হকচাংদগী
ঈগী ঈচেল চেন্থখিবা
করমনা কাউগনি নচাশিংনা ॥
থূৎলায় হেল্লবা য়েক্লবা উবদা
করি খনখিবা লানজিং পুরেল ?
করি খনখিবা অচম্বা লান্মীশিংনা ??
পাথাঙ পুথাঙদগী লোয়নরকলবা
শা-লান পাম্বগী ৱাখল
শিংলি নাউরিদা চেল্লকলবা
মরৈবাক মুংশিবগী ঈচেল

থাঙদা তাদা মুক্লাদা কাঙজৈদা
লমজেলদা চেনজোংদা
অকিবা অমতা লৈত্রবা
আশববু াকাবদ্রবা
ঈগীদি ঈথাঙ ঙাক্তুনি
করিবুদি কিরুনি ॥
ঈরৈবাক ইজাতিগীদমক
লানফমদা থৱায় কৎপদি
লাইরৈবাক য়ৌরে খঞ্জবনি
য়েস কনাবু কিরুনি ॥
অতুক চাউবা লানফমদগী
কনা লানফা য়াওখিবা ?
চারোল শুরোল থুদম ওইনবা
খোংজোম লানফম্নী অকিবা ফংলবা ॥
লাইবকফবী ইমা খোংজোম তুরেল !
নঙদি লোয়না উরিনি
নঙদি লোয়না খঙলিনি
নঙদি লোয়না তারিনি
খেবচীঙগী চীংমায়দগী
তুরেল নঙগী খোঙবাল ফাঙ'দা
কনানা করি তৌখিবা !
কনানা করি হায়খিবা !
কনানা করি থনখিবা !
শমু হকচাং থুদিংদগী
অঙাংবা ঈরীক ঈরীক্লা
নঙগী ঈচেলদা তিল্লকপা

করি খনখি মিকুপ্তুদা
হায়য়ুনে ইমা করি খনখি নহাকপো।
ফংলরোই পাউখুম ব্রাহংসিগী
ঙম্নরোই তাকপা থম্মোয়গী ঈহুল।
অতুবু ইমা
মুমিৎ অতুগী মহৈনা
ঈগী ঈচেল কয়াতুনা
ঙসিদি ওইরি চাউথোকনিঙাই
ঙসিদি ওইরি লেমজনিংঙাই,
মায়থীবগী ব্রারীতু তান্নগা
মায়পাকপগী ইহুল ফাওরকই
জাতিগী শিংলি নাউরিদা॥
ঈগী ঈরীক ঈরীক্লা
নঙগী ঈচেলদা তিল্লমদ
মায়থীরম্বা থোকলবা
ঈগী ঈরীক তাদনা
মায়থীখিনি ঙসিস্নু
মায়থীখিনি ঙসিস্নু
ইমান্নবা মরক্তা॥
হকচাং কয়া মাঙগ্রবস্নু
থব্রায় কয়া পাইগ্রবস্নু
লোইবা নাইদ্রবা নঙগী ঈচেলনদি
লীবিরকউকো মথং মথং
থৌনাফবগী ব্রারীসে ঈপা ঈপুগী॥
লম্মুক্করবা জাতিগী নপারি নমোমদা
মায়পাকপা মায়থীবগী অর্থনা থল্লবা

অশিবব্ জয় তৌবা ঈশৈগী স্বরদা
খোংজোমগী লানফম্না থরায় হাপ্তুনা
ঈপা ঈপুগী থৌনাবু নীংশীংহন্দুনা
তম্বীরকখোকো তত্তনা ব্বারীসে
তম্বীরকখোকো ॥

## খোংজোম তুরেন

জিঃ প্রেমানন্দ

খোংজোম তুরেন মুংশিবীও !
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না
অরা তেংথানরিবীও !
ইতিহাসকী লমায় খুদিঙ
সনাই কালিনা ইরিবী !
কোলোয় মিংলেন্দি নিংথিবী !
হাদ খোংজোম তুরেনও !

নিঙতম লানফমদা মৈত্রবাক্কী
ঈঙাঙ পাক্কন্না ঈমু পামফেন্না
ঈতনা ঈচেল ওইখিবী !
মণিপুর পলেম ইমাগী
পান্নী অকন অথৌশিংনা
খুংগু থাঙবু চামখিবী !
খোংজোম ইমাই লাইজদা
হাদ খোংজোম তুরেনও !

পলেমগী তোর্ব্বান থক্তুদা
মৈতৈগী অকন অথৌশিং
আত্মা বলিদান কৎনখি
ঈতনা তুরেন ওইহনখি :

মপাৱী মুংশিবা কয়াস্নু
অকন অথৌ খিবিকস্নু
য়াইবী থৱায় থানখি
হাদ খোংজোম তুৱেনও।

মৈতৈগী থৌনা ফবশিং
যেক্লবা পুম্বা নৈহৎখি
অকিবা মৱিক পক্তনা
য়েৎথাং ওইথাং পায়ত্নুনা
য়েন্দেম থৱাক শোইবগুম
মলেশ লান্মী শোইদংখি
জয় তুর্গামাই লাউত্নুনা
হাদ খোংজোম তুৱেনও!

য়াইস্কুল লাকপা শেঙ্গোয় সনা
পাওনা মেঞ্জৱ, চিংলেন সনা
হৈৱাং খোংজাদি অথৌবা
মথৱাই থাখী নোক্লা নোক্লা
মৱৈবাক মজাতিগীদমক্তা
অকিবা মৱিক পক্তনা মশাদা
শ্রীগোবিন্দগী নাম শোন্দুনা
হাদ খোংজোম তুৱেনও!

ইমাগী কোলোই নিংথীবী!
পলেমগী মিংলেন ফজবী।
শোম্নৱি তক্তনা তাইবঙনা
কাওবা ঙমলোই পলেমও!
নহাক্কী তোর্ব্বান থক্তুদা

কৎনখি য়াইবী থৱাই কয়া
মরৈবাক নিঙলবা সহিদ কয়ানা
হাদ খোংজোম তুরেনও !

পলেমও ! নুংশিথোইরবী ইমা !
নপারী কয়ানা মাঙখ্রবদা
অথোৌবা খিবিক্কা লৈখিদ্রবদা
তেংথাহৌয়ি পলেম্মা থম্মোই শোক্কা
অতৎ অখম লৈতনা ইমানা
শিন্থহৌয়ি পিরাং লাইজ
নপারী অকন-অথোৌশিংগীদমক্তা
হাদ খোংজোম তুরেনও !

নহাক্কী লাইজ ঈরেন্দা
কৎনখি তর্পণ কয়াস্থু
পারী শেৎনবা কয়ানা
পম্মৌ কায়নবা খুদিঙনা
মবুং মৌপ্বা কয়াগীস্থু
হৈ, লৈ, চেং, থোইদিংনচিংবনা
মিৎকী পিরাংগা লোইননা
হাদ খোংজোম তুরেনও !

নপারী লিশিঙ লিশিঙগী
অৱাবা পোৎলুম পুরিবী !
অরাম্বা চেংজেন পুহ্না
তেংথারিব্রা নপারী খিবিক্কী
পাওনা চিংলেম্নচিংবগী
স্বর্গগী লম্বীদা চৎপ্রবা

কোরৌ নোংমদোন কাঞ্জবা
হাদ খোংজোম তুরেনও !

কদাইদা লৈখ্রে পলেমও !
খুদাং পিফম্বু তৈত্নুনা
নশম ননা ইফা ফা
অমোৎপা চরৈ শেত্তূনা
নপারীশিংবু থিখিবরা ?
ইমাগী শক্তম উত্তবদি
পলেমগী মাইথোং উদবদি
হাদ খোংজোম তুরেনও !

# ইমা

অরাম্বম ওংবী মেমচৌবী

কনান হায়রিবনো ইমা নঙবু
ফিমন সেৎপী চমোৎনবী
কনান তেংথানবনো নঙবু
সম্লাং চোয়জাইনবী অম্না সকলোম্নবী
ইমা ইমা ইমা
নঙদি ফজব পুম্বগী ফজবীনি
নিংথিবা পুম্বগী নিংথিজবতুনি।
ঙকসমদা কিয়াং লিকফাং
খ্বাংদ সনা ফিগে খ্বাংচেৎনতুন
নোংমদোন 'তিয়া পরু ব্রাংন
লেপ্লীবী নঙবু
কনান হায়রিবনো ইমা
লায়রবীনি নথাম্নুংগী নচা সেৎনরবীনি
করিবু ব্রাৎপগে নঙগীবু
করিবু লৈতবগে নঙগীবু
ব্রাংদ ব্রাংবী ইমা নঙগী
থোইদ থোইবী পানথোইবী নঙগী
হিংলিনে নচা মসিং খণ্ডনা
নঙগীদমক সিথিববু
নঙগীদমক য়াইবী থব্রায় কৎখিববু
সিব কৌব্রনে সিব কৌব্রনে।

# এপ্রিল ২৩

## সাপম বিজয়া

ঙসিদি লাক্লে নৌহৌনা অমুক
এপ্রিল ২৩,
ইতিহাসকী চেনা কয়াদা
ইরমখি অথোবা নঙগী থৌনা
মুৎনাইদ্রবা অমুবা কালিনা
য়েক্তু্না থনমই
অকনবা নঙগী নোংশাগী লিংজেল।
১৮৯১ মার্চ থাগী লোইরমদাই
য়েরুবনা পল্লোন খাজিল্লকলবা
অমংবা নোংগী মপৈনা
মালেম থুংনা কুপশিল্লক্লবা
মতমসিদা ইমা মণিপুর
কপ্না খাঙখি ইমা নঙনা।
মরৌ চাউবা মলেশ কয়াগী
মশীং লাকঙমদ্রবা তেঙ্গোল কয়া
খুত্থম চনগে থম্মোয়দা খন
প্রলয় শক্তম লৌত্থনা
থুংলখি য়েরুবগী মপৈশিং
নুংশিবী ইমা নঙগী লমদম
খেব চীংগী চীঙ্গোলদা।

অহুবু ইমা

নোংশাগুম পাঙ্গনবা নপাম্বি কয়া

ভ্রজগুম কল্লবা থম্মোয়গী লোয়ননা

থুক্তুম চেংনা থাংশাং পায়

য়েক্লবগী ঈখেং থকে থন

চোংথোরকখি অশিবগী মৈয়কসিদা

[illegible] কনবা।

চরাম্নরবা নোংশানা পীক্র শক্তি তাম্নগুম

মশীং লাকডমদ্রবা মনেশ কয়া

তাম্নহুনা ককখি য়েক্লবা কযা।

লৈচিলগী মপৈগুম পাইরক্লিবা

লেপ্পা লৈতনা কাপলক্লিবা

মশীং থীডমদ্রবা বমদারশিং

ককখি অথোবা মানা বমগী মৈনা।

য়েক্লবগী ঈখেংতনা

খেব চীংগী চীঙ্গোলদা

লৌখোং ওইনা চেলহনখি

নিনখি মায়কৈ শীনবা থুং

মীকপ-মীরাও খোঞ্জেলনা

প্রলয় ধ্বনি লৌহুনা

কায়না মৈশা ফংলবা

থরায় য়াওদ্র হকচাংশিংগী।

অহুবু ইমা,

মমশিল্লক্লে ঙসিদি

তারমদাই মুমিংকী মঙালগুম

অমংবা নোংগী মপৈনা

কুপশিল্লক্লবা মালেমগুম
লোইবা নাইত্রবা য়েক্লবগী মপৈনা
য়োমশীনগ্রে অকনবা মাগী মথক্তা।
য়ামথিবনা য়েক্লবগী তেঙ্গোলনা
ঙমদ্রে মায়োক্লবা লানফমসিদা
অতুবু, চেনখিদে কৈদৌমুং
তুং হন্ননা লানফমদগা
হনবা লৈত্র থৌনাগা লোয়ননা
অরোইবা পুংফম লাক্লফাও
ঈখেং তাহনখি য়েকনবা কয়া।
আ! ঙসিদি চংখ্রেদো অকনবা নঙনা
থাদোক্তুনা থব়ায় ইরৈবাকসিগী
কথোকতুনা পুন্সি ইরমদমসিগী
তাম্লবা অশি লমদমত্তুদা,
হনজরক্কে নচাশিংসু ঙসীদি
শিন্থরকপা পিরাংগা লোয়ননা
অথৌবা নখোয়গী খোঙ্গূল
অথৌবা নখোয়গী খোঙ্গূল।

# নীংতম লান নিংশীং থৌরম

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম

ঙসি এপ্রিল ২৩, ইং ১৯৯১
নিংশীং কুমওল হুমিংনি— শতাব্দী অমা ফারবা
বৃটিশশিংনা থমাইখ্রবা থৌনা ফরবা মৈতৈ লান্মীশিংনা
ঈরৈবাক্কী নীংতম্বা কন্নবা য়েক্লবগা মায়োক্নখিবা
মণিপুরগী অরোয়বা নীংতম লান ॥
শাগৎচরুই মঙলানগী তাইবঙদা
অতুৱৈগী তমথীরবা লানফমহ্
শোক্লরিবগুম মিকুপ'সিদা ইমাঙদা
খেবা চীংগী চীংখোঙদা
বোনগী মৈনা কক্ল-কক্লা পাউনমচা মেঙ্গর থাঙহৈবা
ঈচেল নাইনা চেন্থরি'গুম ঈথেংঙনা
য়াঙ্গংলবা খোংজোম তুরেল !!
নিংশীংলকই ইতিহাসকী চেনাদা মৃংঙমদ্রবা
"চহী তরেৎ খুন্তাকঙৈ"
ঔরাগী মীওৎ-মীনৈদগী ইমা লৈবাকপু কন্নবা
গম্ভীরসিংহ নরসিংহ অনীনা শেমগৎখিবা 'মণিপুর লেভী'
শক্লবগুম লল্লোনপোৎ ওইনা মণিপুরগী নিংতম্বা—
য়োৎলকই মরূপপা-মরূপপু লিননা হঙোই য়োৎপগুম !!
মীখাপোনবগী থৌরবা অহানবা য়োৎপীনা

যুগ কয়া লেংঙমদনবা য়ুখি-মৈত্রবাক্কী খোইদৌ কংলাদা
শৎঙমদ্রি ঙসিস্থু নীংতম্লবা মতুং চহি ৪৫ শুরফাওবা
তাবীনবা লৈতে নীংতম্লবা মৈত্রবাক কংলাগী নাহেখোন
লৈরিত্রা অসি নত্তবা অতোপ্পা নীংতম্বা অম'মুক ??
বৃটিশকী খায়াত্তগী ঈরৈবাক্কী নীংতম্বা হঙ্গিন্নবা লানফমদা
থব্রায়না পোস্থা ওইখ্রবা থৌনা ফরবা শহীদশিং—
নতীক নগুণ শৈথাজবা ঙসি চহী ১০০ গী কাইনথং
তৌশিন্নবা মাল্লবস্থু নংচদে তৌশিন্নবমক্তি !
কথোক্লবনি কুমশী চহী'সিমা অথৌবশিংগী স্মৃতিদা
শীন-লাঙলি থৌরাং চাউনা সরকারনা প্রজানা
ধুম-ধামগা লোইননা
কাইথোক্লি লৈবাক্কী লনগৈদগী লাক্ষ-লাক্ষনা
খুজিং ওইতুনা
মথেল লুকোই লাঙননবা লৈঙাকপদা চোকথরবা
লৈবাকনীংবা নেতাশিংগী
ঙন্নমক শহীদশিংনা ঈরৈবাক্কীদমক শোক্লখিবা
অরোইবা নীংতমলানগী চহী ১০০ শুবা
নিংশীং থৌরমগা মরী লৈননা !!

## নঙ-ঐ

### কেংবা য়েংখোম

ঐ লমদমসিগী লৈ লাংবনি
লৈকোনসিগী লৈ
মখল মচু
য়েন্দায় থন্না হেক্কু না
লৈ লেংলিবনি ঐ
নঙগী ঙকশমদা হূক্লবা।
থৌনা ফবী
লিম্হোইঙম্বী নরিংজেন
নঙগী নমোমলোই,
থাঙ্গাল বীর টিকেন্দ্র, পাউনা
নঙগী নপারি
নঙগী ঈ
ঙম্ন নিংশিংলুবদা
মীৎলুদগী ঈহৌরক
হুক্লগে ঙসি
নঙগী ঙকশমদা
উহৌরসম্নু তাইবংনা।

অমুক্সু ঐ—

লমদমসিগী লাই য়েকপনি

ঐনা য়েক্লি চেদিংসিদা
নঙগী চেংলৌ
উংলুনবা মোনালিশাগুম
তাইবং কৈথেলদা ।

অমুকস্থু ঐ—

লমদমসিগী উহৈ য়োনবনি
ঐনা হেক্লি
নঙগী হৈকোলসিদগী
মথল মথেলগী উহৈ
শুনা হাপ্লি
ঐগী খাউসিদা ।
ঐনা তংহল্লি
মীপূম খুদীংদা
মহাউগী মখলসে শুনা
খঙহৌনবা তাইবংনা
নঙগী হৈকোলসিগী মগুণ ।

অমুকস্থু ঐ—

জগোই শারি
নঙগী তাম্থাদা
নঙনা নোক্লে নোক্ল
নঙনা কপ্লে কপ্ল
তাইবংগী মাঙদা ।

অমুকস্থু ঐ—

ঈশৈ শক্লি
নঙগী স্থরদা
তাইবং পূম্ব তাহৌনবা ।

হৌজিক্তি—

নঙ ঐ

অমত্তু ঙইরে

নঙসে ঐগীনি

ঐসে নঙগীনি

ঐগী থৱায়, হকচাং, পূক্নীং

নঙগীনি।

নঙগী লন

ঐগীনি।

ঐগী লন

নঙগীনি।

নঙনা শিবদা

ঐস্বু শিবনি।

ঐনা শিবদা

নঙস্বু শিবনি।

মরমসিনা—

লেংখিগে

ফজবা লৈগী পরেং

হূকচনবা নঙগী ঙকশমদা।

# করিগীনো

লাইশ্রম সমরেন্দ্র

করিগীনো শজিবুদা অস্থুক
ফজরিবসিবো লৈবাক অসিনা।
করিগীনো অস্থুক ঙাওরিবসিবো মৈতৈ পূন্নমক্না।
ঙসিগী থুমিৎ অসিদা।
করিগীনো অস্থুপ লাঙলিবসিবো ঐগী পূক্নিঙন।
কোশ্নীরৈগী মচুনরা।
কুশুমলৈগী লৈশাংনরা।
চৈরাওবগী থুমিৎ অসিতনরা !
বসন্তগী কুম্মৈ লোইখিবতা মঙাইরি
উগী উপান্দা উশাদা।
উনাদা ইনৌ নৌরম্বা।
য়েন্নিঙথা চংখিবতা মঙাইরি
করিগীনো অস্থুপ তপথদরিব।
অস্থুপ লাঙলিবা মৈতৈ পূন্নমক।
লৌগী লৌবুক্তা
চীঙগী নাপোমদা
শাংকাঈরকপা লৈগী লৈকাশিং অসিনরা।
পাঙ্গোং মপান উরুবদগী ঙাওগ্রবরা।
লম্বীদা লমজাওদ।

লৈগ্নক্তা লৈকায়দা মৈতৈ পূন্নমক
করিগীনো অস্নুপ লাঙলিবা
অস্নুপ চেল্লীবা।
করিগীনো ঐগাক্লা ঙথাপ্লদা চীংথ্রাঙগী
উশাদা চীক্লা লমথুন্নুনা খোংবন্নু
অস্নুক নুংশিরিবা
ঙঝা মাংগোলজাঙগী ঈশৈগুম তারিবা
সহরগী অরাঙবা মীরক অসিদগী
থাপ্লা চেনখিহুনা ঐগী থৱাইনা
ঙাকতাগী লমহাঙদা লৌবুক্তা
কোইপাই পাইরিবা।
অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা
মী পূন্নমক মরৈবাক মজাতিগীদমক উবরা
মশানা মশাবুদি কাঙথোক্লবরা
অস্নুম হৌনবরা।
করিগীনো ঐগী মীঙইবগী পূক্লিং অসিনা
লাপ্লা লাপ্লা অমুক চৎলিবা
অথাপ্লা লমদমদা
তাইগ্রিস ইউফ্রেটিসকী লৈঙোই লমদমদা
হোৱাং হোগী তোর্ব্বান্দা
মিশরগী পিরামিডতা ঙক্লা য়েংলুরিবা
চীন জাপান কোরিয়া ভিয়েৎনাম য়োনা চৎলিবা
অতুগা অমুক অমুক হল্লক্কুনা
অঙোবা লৈচীনগী
মপৈ মপৈ
মরোন মরোন, হাইদোক্কুনা

লোক্তাকী তোর্বান্দা

হাওবা কোম্বুগী খোঙগুন লীররিবা

[illegible] ভুমদ্রবা

লোক্তাক্কী মুংশি হাগী কয়া লোইবা লৈতনা নিংশিংলক

মওন মওন খল্লবা পূক্নিংনা

করিগীনো শজিবুদা মৈতৈ পুন্নমক্তা

অসুক ফজরিবা লৈবাক অসিনা।

# নীংতম্বগী লান

এলাংবম নীলকান্ত

অগষ্টগী তাং ১৫ গী অয়ুক্তা
লাউজগে হোৎনৈ ঐহাক্না—
ঐখোয় নীংতমলে, ভারত স্বাধীন ওইরে।
কৎচনীংই শ্রদ্ধাঞ্জলি নোল্লুক্না
স্বদেশ ভক্ত কয়াদা মীংকী পিগা লোয়ননা।
তোক্লে মীখা পোনববুদি
থদংখ্রে মীনায় য়োম্লিং বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদীগী
ফংলে তশেংনমক স্বাধীনতা।
লাউজগে হোৎনৈ কয়ারক হন্না
ঐখোয় মুংঙাইরে পুন্সী মহৈ য়াল্লে
অহুবু থোরকউ য়াদে ইচীনসিদদি
লৈয়েং ফাজীনখিহনা
য়েংথোকখিবদা ঈমা ভারতকী মশক—
হিংসানা, য়েংথীনবনা, অৱাবনা থল্লবা
মরোল থোক্তিব্রবা মীচম প্রজাগী অৱাবদা।
তশেংবদি ফংলিবসে নীংতম্বা নত্তে চপচানা
নীংতম্বগী থোঙজিন্দা খোঙ কানশিনবতনি
কাখৎপতনি নীংতম্বগী ৱাংলবা চীংজাও।
মসিগী মক্তি নোঞ্জরি কোকসি
মশীং থীঙমদ্রবা শহীদ কয়াগী মফমদা

## শেংদোক্লবনি ভারত ভূমিসি

মখোয়গী খুয়াগী উফুলতনা।
অতুবু ফাজিল্লি হৌজিকমক্তি ভারত ইমাসি
খূরবা মীৎয়েংগী অন্ধবিশ্বাসকী য়োম্লিংনা
ইমাবু শক খণ্ড্রবা য়েংথীনবগী য়োম্লিংশিংনা
ওইদ্রি ভারতসে হৌজিক ফাওবা
কোকসে রাংনা হাইগংচবা রাখলগী মুক্তি ফংজবা
পৃম্নমকপু ইমা অমত্তগী মচানি খনবা ওম্বা।
চাওখৎলে ভারত শোয়দনা
অতুবু চরান্নবদি কেক্তিন্তু মচা লখা কয়াগী
নৈত লায়র কয়াগী তোল্ল তারবা লাশিংগী
নীংবুদি তয়ে অতুবু বন্দীশংদি হাওদ্রি
মুক্তিগী মঙালবু ফাজিল্লি হৌজিক্তি মৈথুনা
অসিনা ওইগদৌরি অনীশুবা লানজং।
তশেংবদি নীংতম্বদি অমুক্না লোইবা নত্তে
লোইবা নাইদবা খোঙচংনি জাতিগী পুন্সীগী
যুধিষ্ঠিরনা চঙনা স্বর্গ কাবনি
তুখিবা তাই মচীন মনাউশিং দ্রৌপদী মথং মথং
পুকচেল পীকপগী, হিংসাগী অপাম্বগী
অসিনা নৈগনি থাক্কী মথংদা থাক
তৌগনি কাখং কূমথ কয়াস্থু
অতুবু কাবদি শোয়দনা কাগনি মথকলোমদা
অসিনা নৈগনি লানগী মথংদা লান
নীংতম্বগী লোইবা নাইররোইদবা লান॥

# মসিদি মহৌশানিনে ইমা....

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন

ইমা, পলেম অপোকপী !
ঐবু পোকপী ইমা,
নঙবু মুংশিদনা
মুংশিরুগনি কনাবু
ঐনা ?
মসিদি মহৌশানিনে, ইমা !

ঐসে
শমথরকপনি নঙঙোন্দগী,
নঙগী হকচাং শরুক খরনি,
নঙগী হকচাংগী তোংশানা
শাখিবনি ঐগী হকচাংগী তোংশা।
নঙগী ঈদগী ওনখিবা
নঙগী শিংলি নাউরিদগী
শুমথ্রকপা খোম্লাংনা
ওনখিবনি ঈ
ঐগী হকচাংগী কয়াৎ থুংনা চেল্লিবা.

সিদবু
পলেম নঙবু মুংশিদনা
মুংশিরুগনি কনাবু

ঐনা ?
মসিদি মহৌশানিনে, ইমা ।

অচৌবা রাক্ষম নত্তে
ঐনা হায়্রবাস
ইচম চম্বা— পলেম নঙবু মুংশিজৈ ঐনা

ঐবু পোকপী পলেমগী
পুন্সি পীনবীরিবা
হে পোক্লফম লমদম মুংশিবী !
উজদে ঐদি
খেন্নবা
ঐবু পোকপী পলেমগা
পোক্লফম লমদম ইমা নঙগা ।
নঙগী চীংমুং মান্নুং, উমং-রামডগী
শুমথ্রকপা পাং তুরেনগী ঈশিংগা
অপোকপী মাগী খোয়্লাংগা
খেন্নবসু খঙজদে ঐদি ।
ইমা, নঙগী পাং-তুরেনগী লাইজনা
ওঈরি ঈ
ঐগী শিংলি নাউরিদা চেল্লিবা ;
নঙগী লৈমায়দা হৌবা
উহৈ রাহৈ, মনা মশীংনা
শারি ঐগী তোংশা হকচাংগী ;
নঙগী নতম্বাক্তা শিংলিবা মুংশিংনা
ওইরি নিংশাশ্বর
ঐগী পুন্সিবু পুরিবা ;

নঙগী নথক্তা শন্দোক্লিবা
অহাঙবা অত্তিয়ানা
ওইরি স্বর হোনফম ঐগী ;
[illegible]

অয়ুক্কী অমেঙবা মুমিংকী
ফুগায়না থোরকপা মঙালদগী
লৌরি ইপাঙ্গল ঐগী ;
নঙগী নথাদা চোইনা তারিবা
মথল কয়াগী মৈফমদগী
লৌরি মৈশা হকচাংগী
হাপলি শক্তি হকচাংগী ;
অস্নুম্না থম্লিদো নঙনা
ঐবু হিংনা ।
নঙগী লৌবুক লমহাংদা চেন চোংতুনা
ওন্না থোইনা চাউরকপনি ঐসে ;
নঙগী শরুক কয়ামুক্না
তোংতুনা তাহনা শাথ্রবা
হকচাংনি ঐগী
থব্রায়গী কায়দোংফম ওইরিবা ।
তোল্লেদকো লমন ঐসে ইমা নঙগী
মসিদি মহৌশানিনে, ইমা ।
ইমা নঙগী পনখৈ লৈতবা নতৌহ্
অকল্লবা লমখৈগী মশক্তা লাকশিন্দুনা
থোরকপনি সিনি হায়না,
ফোঙদোরকপগুম শক্লাইদবা থব্রায়না
শক্লাইবা হকচাংগী শক্তমমুংদা ।

নঙসে ইমা, পোক্লফম লমদম ম্লুংশিবী
ঐনী তকচাংতস্থ পীনবীনি,
ঐগী ঈবুস্থ হাপ্পীরিবীনি,
ঐগী থরায়বুস্থ য়োক্তুনা থম্বীরিবীনি,
ঐসে নঙগী অত্তোপ্পা শক্লোন অমনিনে।
সিদবু
নঙবু ম্লুংশিদনা
ম্লুংশিরুগনি কনাবু
ঐনা ?
মসিদি মহৌশানিনে, ইমা… !

# মৈগী চীং, নঙ পোকথায়বা য়াদে

## থাংজম ইবোপিশক

মখোয়গী মরক্তগী খরনা হায় ঃ
মৈগী চীং, নঙ তূমতুনা লৈয়ু পোকথায়বা য়াদে
মৈগী চীং, নঙ তূমতুনা লৈয়ু শাউবা য়াদে।
মখোয়গী মরক্তগী খরনা হায়রকই অমুকসু ঃ
লাভা, নখোয় তূমতুনা লৈয়ু হৌগংপা য়াদে
লাভা, নখোয় তূমতুনা লৈয়ু হৌগৎপা সুংয়া যাদে।

পৌরোল থারবা খুরবা মম্নবা পোনগী মসুংদা
করম্না খাঙগনি মমীৎ উইশিন্দুনা মখোঙ পুনশিন্দুনা
নোংমদোনগী অশেংবা মুংশিত্তা মনীংতম্না পাইজনীংবা
পীক্লবা লাইগী মচা উচেকশিংনা ?

অমোৎপা হৈথৌ অমাংবা হৈথৌ
অরানবা পাপকী মপৈ মপৈনা পীক থন্না
লুরবা লৈরোন্নুংগী মরেপ থুম্না হৈথৌ
তুংদা লাক্কদবা মীরোলগী য়াওনা চহী চা কয়াগী
লৌখৎপা যাদ্রবা পুম্নবা সমাজ অমা শেম্নসু ঃ
অতুগা হায়য়ু, মৈগী চীং, নঙ পোকথায়বা য়াদে
লাভা, নখোয় মীৎকপ থোকপা য়াদে !

পলেম পম্থোশিংগী মমীত্তা ঙরাংতগী নাম্না ওইরিবা
পাম্মুরবা ফীজিগী লনশিং

কংদ্রবা মীৎলুগী পিরাংনা মহুৎ শিল্লম্নগা
কদায়দনো মখোয়না চংখিবা ?

অমোংপা হৈথৌ অমাংবা হৈথৌ
অরানবা পাপকী মপৈ মপৈ হৈথৌ
অতুগা য়েংউ অতুগা য়েংউ নমীত্তু পেন্না ঃ
লোয়ারমগী মী তাদ্রবা চীংয়াদা
পোনগী ৱাংমা লান্না পাইথোরকপা
শেংলবা লাইগী মচা উচেকশিংনা
মশাদা ঈখেঙ শীম্থরতুনা
মাশা তুফাংশিং হীকথরতুনা
চীংঙবাক্কী উফুল্লক্তা ওন্না থোইনা খাঙলম্নগা
অরোইবা খোঙচত্তা চংখিবা।

মপাল নাইদ্রবা অশংবা নোংমদোনগী
থনয়ে মঙলান অমা লোইশিন্দনা ॥

# কনাগী ইতিহাস ইসিগে

## রাজকুমার মধুবীর

তেংবানবা মপুনা তাইবং শেম্মকচৌদগী
লেপ্পা লৈতনা ইতিহাস ইরকলি
ঙসি ফাওবা—
চেনা অমা, পরেং অমা, ৱাহৈ অমা
মথং মথং কায়হন্দনা, ৱাংহন্দনা।

পাখংবনা কংলাদা লৈতারকপা
চীংখুবা যুবরাজনা মোইরাংদা পাল্লকপা
খাগেম্বনা খাগী মাযথীবা পিবা
রাজরিশীনা ৱাশলীলা শান্নরকপা
টেকেন্দ্রজিংকা অংগ্রেজগা য়েংথীনরকপা
কারিগর মনুংদা পুন্সী মাঙগদবগী মহুত্তা
শিদোকখিবনা মমা লৈবাক্কীদমক্তা
শকক চাম্মা হেন্না ফৈ থনখিবা
ব্রজবাশি পাওনাগী মিংলেন মুংনাইদ্রবা
যাওরে, ইরে, য়েকলে— সনাগী ময়েক ময়েক্তা।

ঙসিগী থৌদোকশিং অসে ইখিগদ্রা
হাঙলিবা ইতিহাসকী লমাইশিংদা
ইখিগদ্রা নৌনা মমা মপা কায়নরবা
ময়ুম, মরল, য়ুমলোন্নবনা মুনবিগ্রবা

পিদৎ পাদৎলবা লমজা অসিনা
লুখাক চগুম খরদং য়ুমথোং য়ুমথোং চংহুনা
নিহুনা মপুন্সী লেপ্লিবা অসিগী ইতিহাস ?
ইখিগদ্রা, কুম লাইনা-পকপা মুপা অসিগী
তগৎ তগৎ তেকলিবী, কুচু তঙাং তঙাংলিবী
মাগী মুপীনা, মমাংমক্তুদা— মাগী ফমুংদা
অতোপ্পা মুপা কয়া কয়াগা
নোংমা নোংমগী চরা তাপ্লিবী মুপীসিগী ইতিহাস ?

ইখিগদ্রা কম্পনীগী এক্সপায়র ওইরবা
হৈদাক লিক্লিশি দা অনৌবা লেবেল নপলগা
শোল্লবা অনাবশিংবু অনৌবা পুন্সী অমা
ফংহল্লগনি হায়দুনা হৈদাক য়োল্লিবা
মবুক নোয়রবা ফার্মাসিস্তসিগী ইতিহাস ?

ইখিগদ্রা থুম, চিনি, বিলামাইদা
মুংজ্রেং, লৈঙোই খুজোক খুজোক য়ানশিন্দুনা
য়োল্লিবা, পুংকুনমরি ক্বা চাবদা
ময়া কোৎহ্লিং কারবা দুকান্দারসিগী ইতিহাস ?
ইখিগদ্রা তনৌ তনৌরিবী লৈশাবীসিনা
পেন্সন ফংগদোরবা ডাইরেক্তরদুগী অরোনবা কাদা
কেরানী অমত্তং ওইজনবগী পুংতা কয়া
মথা চিক্তুনা হুমাং অর-র তারদুনা
অরাই অথুম রাহংশিংদুগী পাওখুমলিবী মাগী ইতিহাস ?
ইখিগদ্রা, লৈঙাকলোন পায়বা
মরৈবাক মরমদম মালেম্বু মচেৎ মচেৎ
মীরৈবাক মচাশিংদা য়োল্ল য়োল্লহুনা

কলম মমায় চুমলিবা মন্ত্রিসিগী ইতিহাস ?

পুন্সীগী মায়থীরবা মীওই কয়া কয়া
য়ু থকহৌবনি য়ু য়োনফমশিংদা
নীংবা কায়রবা নহারোল কয়া কয়া
এল, এস, দি, মোর্ফিন মেরিজুয়ানা
চাত্থনা, কাপ্পূনা তুমত্থনা তাহৌবনি
শোরোক নালাদা, তুরেন তোর্বান্দা, লোক্তাক খোংবান্দা
ইখিগদ্রা মখোয়গীস্মু হাংলিবা ইতিহাসকী
লমায়শিংসিদা— ইখিগদ্রা ?

# নীংতম মুমিৎ

## সোগাইজম ব্রজেশ্বর

নীংতম্বা মুমিংসিদা ঐনা হায়নিংঙি কবিগুম্বা অমা,
নীংতম্বা মুমিংসিদা ঐনা হায়নিংঙি কবিগুম্বা অমা।
কবিগুম্বা অমা, কবিগুম্বা অমা, কবিগুম্বা অমা।
ঐহাক কনানো ঐহাক কবিগী লাকপনো?
নীংতম্বা মুমিংসিদা ঐগী হায়নিংবা বাদি
ঐগী ইমা লৈ, ঐগী ইপা লৈ।
ঐগী কৈবোয লৈকাই লৈ, ঐগী পোক্লফম লমদম লৈ?
ঐনা খঙব্রা ঐনা খঙনা?
ঐনা খঙঙি ইমগী মঙণ
যগ কযাদগী চেন্থবকপা মচু কয়াগী ঈনা
শ গংলবা ঐগী হকচাংনা
নীংতম্বগী খোল্লাওদা ইমাবু কৌবা ফংদ্রবা
মতম অতুদা ঐনা ইমাগী মঙণ খঙঙি।
যুগ কযা ইমাগী মখোঙ য়োৎহিল্লনা পুল্লুববা মতুং
ঙসিদি ঐখোযগী ইমা নীংতম্মা চংপা ফংজরে।
মসিমকনি ঐগী কবিতা— ইমা অথোইবা মচা কয়ানা
মথরাই কংখিবগী লেংদ্রবা মমলনি।
অতুনা ইমানা হায়রকই— কাউরব্রা ইতিহাসতো?
নত্তে কনাসু লৌমীদো ঐগী ইচানি

নত্তে কনাস্থু শিল্পীদো ঐগী ইচানি।
নত্তে কনাস্থু ওঝাদো ঐগী ইচানি।
নত্তে কনাস্থু ইঞ্জিনিয়ারদো ঐগী ইচানি
নত্তে কনাস্থু কেরানীদো ঐগী ইচানি।
নত্তে কনাস্থু সেক্রেটরীদো ঐগী ইচানি।
নত্তে কনাস্থু রাজনীতিরালাদো ঐগী ইচানি।
নত্তে কনাস্থু ডাক্তরদো ঐগী ইচানি।
নত্তে কনাস্থু ড্রাইভরদো ঐগী ইচানি।
নত্তে কনাস্থু দার্শনিকতো ঐগী ইচানি
নত্তে কনাস্থু সাহিত্যিকদো ঐগী ইচানি
নত্তে কনাস্থু কবিদো ঐগী ইচানি।
মখোয় পূম্বগী মিহুন ঐগী শিংলিদা চেললি।
মখোয় পূম্বগী ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনমদা
ইমানা তম্বীবা অশেংবা মনমদি
চাউখৎপগী লম্বেলদা অমনা অমবু মতেং পাংবা
মতম কুইন্দগী চেম্বরকপা ঐখোয়গী আদর্শদো
বেদ, বেদান্ত, উপনিষদনা তাকপিবা ঐখোয়গী আদর্শদো
কাউরব্রা ইচাশা ? কাউরব্রা ইচাশা ?
নীংশিঙড়ু অশোক্কী রারি, নিংথৌরেলগী আদর্শ
তিনশিল্লবা ইতিহাসকী মনমদা ঙসিস্থু ঐখোয়গী
পুন্সীগী খোঙচংকী লমজিং মৈরা ওইরি।
অমনা অমবু নমথবা ইমানা হংলি
নংগী আদর্শরা ? নংগী আদর্শরা ?
ঙসিগী অয়ুক্তা জাতিগী ফিরান
মাগী অশেংবা মচুগা নিংথিনা পাইরি।
ঐগী পুক্নিংদা আশাগী মঙাল উরকই।

# তাইবঙ সনজীং

এলাংবম দীনমণি

ঈখেঙগী ঈপাক মীশাগী উচাম
থাঙগী জগোই নোংমৈগী চুঙ্গোই
বোমগী মৈনা সঙ্গীন মচোন
চীংয়াগী লালোং ফাঁসীগী সগাই
কোক্লেন ললোনবগী শেন্দোং—
আঃ সনাগী তাঙ্গদো
মনিনা হক্লবা উরোং নত্তবরা ।

লৈরে মাঙদা অরীথেন শংলেন
মন্দিরনি সনাগী
লাইবুঙনি থমোয়গী
থৌঈনশিনগী ঈকৃংনি
হৈকং-লৈকং ভমগনি
ঈংনা তপ্পা নোন্নরি ।

অতুগা করিনো
নোং নুংশিৎ অঙাওবা অমা লাক্লিনা
নেশাগী অকংবা হাপু
রানোম-প্রনামিকাগী উফুল
পোৎয়ান পোৎপৈগী কাওশীং
মুক্লবগী লৈক্রক বন্দগী পুথবী

[illegible]

অঙকপা শাউমনি

গীতাগী লম্পাক্তা কোরানগী নাথন্দা

গৌতম-খোংনাং মখোঙদা

কুম্বাবগী চীংয়াংদা

ডাস কেপিটা নাথৈরগা ।

আঁধী অমসু নেৎথৎনবগী

হরিকেন অমগা মন্দির মসজিদ গিরজা গুরুদ্বারাদা ।

কনানো ?

কনানো লৈনা-লৈ-না শিংপা মুংশিংকী

ঈরৈ শাফুগী মায়োক্তা

মল্লবা খোংদাই

কোম্লবা খ্বাংজেৎ

সেগাদা লুথোং

মখুত্তা লৈ-হাইননা মুৎপা খাঙলিবা মৈরা

কনাবু করিবু থিরিবা চম্নু অসিনা

শিনা হিংগ্রবশিংনা শেমলম্বা

হিংনা শিরবশিংনা ককঙাওনরবা

হৌবদা ঙাইরিবা লম্বেল অমদা

পীক্লা লিংজেল খারবী

চমোৎ-চমোৎ নীংথিবী

ইমানি ঐখোয়বু নাউবুবী ইমানি ।

করিনো ইমানা খোংদাই

মচা ঐখোয়না সুট-টাই

ইমানা মুংগায় মরক্তা ঈহিং নাহিং

ঐখোয়না লীশীংগী খোঙুপ

ঐখোয়না সনাগী পুথমদা লুপাগী মখেল
ইমানা অয়েনচেঙ চগং উমোয়োক মচেং
ফার্ষ্ট সিটিজন লাষ্ট ফাওবা
ঐখোয়বু অরায়বা অয়োকপা মীচাবোল্লা !
য়ারোই সুপয়া য়ারোই
ইমানা তোন্না হিংবা য়ারোই
তুরোয় ঙামলোয় চংপা য়ারোই
নিংথৌ নমহৎপা মচা পোকপীনি
ধর্মগী ফীভোল পামজ পামজবনি
চীং কংফাল ঈশিং কা খেন্নবতনি
ইয়ুম অমত্তনি করিগী চফু কায়হনগনি
মীরম-ক্বাকয়াম হরাওনবা ;
নুমীৎ তাখিদ্রবা লৈবাক অমদা
সন্ধ্যা অনৌবা পীখিবা
মচা খরা মাঙথ্রমাল্লে
থিরি চংলি অঙকপা শাফুগী মায়োক্তা
নাউগায়রবী মপীগুম ;
ইমাগী অমৃতগী পাঙ্গল ঐখোয়দা য়াওরিনা
করিগী মুকচাননা লৈগনি
ইতিহাসকী নীংতম অমদা পেন্দুনা
লাঙ্গোয় চল্লরিবা নোংলৈ অসিদি
মীখা পোনবা নত্তবন্না
মৈরা মুথংক-দৌরিবা অসিনা
ইমাগী য়েক্নবা নত্তবরা ।
মহৌশাগী ঈচেল নংলক্তে
মীখুংনা চুবা মৈরিকনি

ঈংথখিবা ঙাইবা কান্নরোই
ঙাকসি, থিংসি মুথংসি
ককথংপা তায়
ঈখেঙনা থারম্বা উপাননি
হুমাংগী ঈরিক চাইবা তায়
তঙায় ফদ্রবদি ঈখেঙ চাইবা তায়।
খূংলাই খোঙফম তমহৌদবা ঐস্মু
ইশানা খূংলাই ওইবা তায়
ইমাগী মাঙদা লেপ্তুনা
নাথন খজিক্তসু ওইবা তায়।
নীংতম্না মীখাদা হিংবগী শরূক
ঈরৈনা চেম্থুত্তুনা তুবস্তু তুবা
তুহনা তুরবদি
ইমাগী ককথায়রবা মখোঙদা
তুহৌবা তায় খজিক্তা ওইরবসু ঙাকহৌবা তায়
তু-না তু-না হৌগংহৌবদি করি কায় !
শোইরোম্বনি হায়গে হায়জসমু
অপং তাবসু কায়দে
ঐ অমত্তংনা খজিক্তং খনবদা
মরীক অমত্তুংদসু কল্লিদনা
মরীক মরীক্না শাবা চীংজাওনি
চীংজাওনা নোংলৈ ঙাক্লৈনা
নাউগাইফদ্রবী ইমাগী মচাশিংনা
ওইগনিনা
তাইবঙ সনজীং

# অনৌবা য়েন্নীং অমসুং মৈ

য়ুমলেম্বম ইবোমচা

নীংতম্বা ।
হৌজিকসু লৈরি নঙদি
গন্নাগী চাউবা হেন্দ্রবা সনা খোংনাংগুম অসুম্মক ।
অনৌবা য়েন্নীং হুঞ্জরবসু মতম পূম্বা
অতুম্মক থদংখি কল্লবা খুংনা ।

॥ ২ ॥

মী
মন্নবা শুরুংদগী
থা থব়ানমিচাক্কী মায়গৈদা
মঙানগী লমজেল ।
অতুবু মাঙবদি লৈতে
শুরুংগী অমম্বা
পীক্লবা কোক্কী কাখুদগী ।

মী
করিবু হোংলবগে নহাক
চহী লাক্ক চামা পুন্সিরকপসিদা ।

অমগী মথক্তা নেৎলগা অমনা কাখৎপা
অমবু নমথরগা অমনা ৱাংখৎপা

লৈবাক্কা লৈবাক্কা মীগা মীগা
নমথাক লৌনম অমস্তুং অচাওরমগী লাং।
মসিদগী করি হোংলবগে ঐখোয় !
শুকুংতুদগী কয়াম্না লাপথোরক্লবগে।

॥ ৩ ॥

য়েন্নীংদি হুল্লি নীংতম্বা
পুক্নীংগী লৈহাওদা
শাকায়নীংই মকা ফন্না।
অতুনা শান্নমিন্নরি অঙাংশিংনা অশিবগা হরাও হরাও
হাৎপা অমস্তুং হাৎখিবা অমত্তা ওইনা।

করিগীদমকনো মখোযনা অস্তুম্না শান্নরিবা
নুমিৎ তাথ্রবা মতুংসিদা ব্রিটিশ সম্রাজ্যগী।
কনাননো পাউখুম পীগদবা
ইকাই খঙদবগী উমংসিদা।

# শ্রদ্ধাঞ্জলি

কাঙজম ইবোহল

হে ইরৈবাক !
পোক্লফম লমদম মুংশিবী
চাউথোকচবনি নঙগীদমক.
অথৌবা পোকপী নহাক্নি
নচা নাউয়োক হৈবীনি
মালেমদা তোমথিন ঙানবীনি ;
নপারী নঙগী অথৌবশিং
ইতিহাসকী লংলবা থব্নান্নি
ধ্রুবতারাগী মশক্নি ।
অদুবু
লাইবক থীবনি হে ইমা !
ঙসিদি
নঙগী তুংগী থব্নানশিং
ঙম্না মুংশি-মুংশিরে ।
হায়নরম্বা মতম অমদা
নঙবু
নচা নাউয়োক হৈবীনি,
ঙসিদি
থোক্লরেদো নমায় ফিরুক খুম্বা

মীমাঙ ফম্বা মতাং ।
থাজবন্না নহাকপু
নোংমা অম্সুম ওইরকনি ?
থাঙশাং পায়রম্বা নখুৎনা।
দ্রগকী সিরিঞ্জ পায়রক্লবা,
য়েক্লবগী ঈখেং খৌরাংলম্বা থব্রায়না
মশাগী ঈ চুপচরবা,
নোংশাগুম মশোং কল্লম্বনা
অকি-তুজুংলবা মমি উবদা ।
চাওখৎপগী মমিংদা
নোংচুপকী শাজৎ-লীচৎনা
মশাগী মশকপু মাঙহল্লবা—
করম্না ওইখি
থাজদবা শংক্লানসি ঙসি ?
নঙগী মোল্লবা নতম্বাক
ওইরে ঙসিদি ঈরাংগী য়াকাবুং
মচিন-মনাউ হাৎনপুং ;
পেঞ্জরিদো মহুতদা ।
ওস্থোকপনি,
মখোয়গী
পঙথরবা থব্রায়
ফমজিল্লবা ঈ
লেবোরেটোরিগী চাংয়েংদা ঙসিদি
মশক থঙবা ঙমদরে ।
ওইদ্রে ঙসিদি মখোয় কনামতা—
নরসিংহ

গম্ভীরসিংহ

থাঙ্গাল

পাউনা

টিকেন্দ্র।

ঙন্নমক্কী

মাঙখ্রে নীংশিংবগী শক্তি ;

মখোয় লোইনা

তূম্লে ঙসিদি মমিং পাঙনা-পাঙনা।

খঙদ্রে,

কদোইঙে মীকপ থোক্কবা ?

কদোইঙে

অমুক্তুং মীকপ থোক্কবা ?

ঐদি

ঙাইঙমদ্রে ইমা,

য়েংঙমদ্রে ;

পীয়ু ইখুত্তা থাঙশাং অমত্তং,

পূম্নমক

মকক-মকক ককথত্তুনা

লংথখ্রগে অকাউবগী অমম্বা ঈরোন্নুংদা,

মকক ময়াম মরক্তুদা

য়াওরবস্থু য়াঙজগ্রসন্থু ইশামকস্থু।

ওইরসন্থু মতুতনা

ইজাতিসিবু কন্ননবা

মিংচৎ-উরোং খিল্লম্লবা

অথৌবশিংগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি।

# নীংতম্বগী মমলনা মাঙখ্রবদা

য়েংখোম বিহারী

নীংতম্বগী মমলনা মাঙখ্রবদা
মমল পূম্নমক মাঙই ।

ইমালৈবাক্কী লৈপাক ঐখোয়গী লম্নি
ইমালৈবাক্কী ঈচেন ঐখোয়গী লম্নি
ইমালৈবাক্কী চীং ঐখোয়গী লম্নি
ইমালৈবাক্কী আকাশ, মুংশিৎ, মঙাল
ঋতু, উমং, শা উচেক, পূম্নমক
তূংনফম ওইবা লন ঙাক্তনি, ঐখোয়গী ।
তৌইগুম্বসুং, নীংতম্বনা মাঙখ্রবদা
মপূগা কোম্ননা মীগী লন ওইখি, পূম্নমক
মনীং মখা তৌবা ওৎনৈবগী শিকার চৎফম ওইহনা
খুন্তাক লৈন্তাকপগী অমম্বা সাম্রাজ্যনা থানা কূপশিল্লি
তূংনফম তাউহনা খুন্তাকপা লম্বীদা
পম্বুং খঙদনা পূন্সিগী মুমিৎ তাই ।
মীখাপোনবা লৈবাক্তা অৱাবগী অহিং নোংঙান্দে ।
নীংতম্বনা মাঙখ্রবদা !

ইমালৈপাক্কী লোন, সাহিত্য
কলাবিদ্যা, ধর্ম, থাজবা, চৎনবী সংস্কৃতি পূম্নমক
মীনাইনা লোইরম্বা লনঙাক ওইখি

শীংথানদবগী লৈরোম্নুংদা ফুমজিল্লি,
পুন্সিগী মরু ফুক্কুনা
থোওই উশিক্তবগী চৈনা খাঙহুনা
মায়থোঙ ফিরূক খুম্না
জাতি অপূম্বা মশক মাঙই
নীংতম্বনা মাঙখ্রবদা !
ইরৈবাক, ইরৈবাকপু ঙাকশেল্লম্বা,
প্রজা, নাগরিক, ইপা, ইমা, ইচা, ইশু, পূম্নমক
মীনাইগী মীরোন মীরোন ওইরকই
ঙাকপী শেনবীরম্বশিং ঐগী ওইরম্বা পূম্নমকপু লূট তৌবীখ্রবদা
থৌনা তেক্কুনা মতু শোম্না
থৌজালগী ভীক্ষা নিহুনা
পোকপগী পোৎলূম পুরগা
অশিবগী য়ূম তান্না চংলি—
পাপকী শাপ থৈজিন্দুনা, পৃথ্বীগী লৈমায়দগী
লৈখাতাবগী পাতালদা মীরোন মীরোন কূমথৈ
হুনিয়ানা কুম্মে য়েংই খুবাক খুহুনা নোক্কে
নীংতম্বনা মুনবীখ্রবদা।

নীংতম্বনা মুনবীখ্রবদা
য়াইফবগী থাউমৈ থানবীনবা লৈতে
লৈ পূম্নমক তিংখং ওল্লি
নোকপা তবীনবা কনাসু লৈরক্তে
পিগী য়াউম ইনবীগদবা ঙাক্তনি
হিংবা তাকপীগদবা নত্তে
শিবা অমসুং হাৎপা তম্বীগদবা ঙাক্তনি

শিনীং শিনীংদনা বলিগী হামেংগুম
ঙক্কা থোরী থক্লনা মে-মে খোংনা শি।
নীংতম্বনা মুনবীগ্রবদা।

ইরৈবাক! ইরৈবাক! মুংশিবী!
নঙদি ঐখোয়গী থব্বায়নি, হকচাংনি, পূন্নমক্নি
ঐস্সু নঙনি, নঙগীনি, নঙগী পূন্নমক্নি
নঙস্সু ঐনি, ঐগীনি ঐগী পূন্নমক্নি
নঙনা ঐগী ওইদ্রবদা
ঐগী করিমুক লৈরি।
নীংতম্বনা মাঙগ্রবদা সংসারসিদা
ঐগীনি হায়বা করিস্সু লৈতে
ইথরায় ফাওবা মীগী লন ওইখি।

# গোবিন্দগী শরিক মখোল

রাজকুমার ভুবনসনা

নোংমাইজিং চীংদগী হুন্দোরকপা
তরং তরংবা মুমিংকী মশেক্লা
সনা ফুদোংনা মহি চেল্লকত্রিঙৈ
মুমিৎ খুদিংগী থোরকই
গোবিন্দগী শরিক মখোলনা
তপ্না তপ্না
থিবা
অইংবা মালংগী ইপোমগা
ধূপ আরতিগী মনমদা
মাগী পন্থুংফম কদায়দনো ?
মরী মরী পুল্লপ পুল্লপ
অঙৌবা ফীজোলতনা লৈতেংতুনা
অযুক ঙস্তাগী
মায়গৈ কয়াদগী মন্দির তমলক্লিবা
শেংলবা ভক্তশিংনা লোয়নরকপা
অপীকপা লৈ পোলাংগী
মপোপ কায়দ্রিবা
লৈনাশিংগী লৈনমলক্কুরা ?

মতম কয়া অস্থুন্না লেল্লক্লবা

মন্থরক্লবা মন্দিরগী
মচেৎ মচেৎ কিন্থরক্লিবা
মশাগী শকফম মাঙলক্লবা
ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা
অমম্বা কাচিন মম্নুংহুদরা ?

নত্রগা

লৈবাক্কী
লৈমা নিংথৌশিংনা হৌদোকপিবম্বা
জগোই রাসকী নুমিদাংদা
চাউরবা মান্দপতা
মৈনা পুমঙান ঙানবদা
গোপিশিংগী
নৌরবা শাথেক মরক্তরা
কদাইদনো মাগী পম্মুং ?

অহুঙৈগী কংলাদা
নিল্লমদরে মাগী খোম্থাং।
সনা শঙ্গায় কোম্নুং মম্নুং
মাগী মখোন্দা ঙক নোম্নরম্বশিং
পূম্নমক ওম্না কেনগ্রমাল্লে।
ভূত প্রেংকী শউমদা
কংহুনা লৈরম্লে চোংলম্বা আশা
অনৌবা য়েন্নিং হুল্লকখিদ্রে
নীংশীংলকপদা মঙাইররে
কদাইদনো মাগী পম্মুং ?

ইথক হৌরি
অশংবা মৈতৈ তম্পাক্লা
ইপোম নাইনা
থবেৎ থবেৎ হোল্লহুনা শ্বর
ওমশিনবিরহুনা চীংলোন মাপন্না ॥

# অনৌবা থুংলবা মরৈবাকনীংবশিং

## কোম্বোজম কালেনজাও

হৌজিক্তি চংতবা য়াররোই
ঐস্মু নওস্মু ঐখোয় পুম্বা মফমসি থাদোক্তুনা
অনৌবা মফম অমদ।

মফমসিদ হৌজিক্তি কার্টর কয়া শাররগনি
অনৌবা থুংলবা মরৈবাকনিংবশিংগী। মখোয়গী কার্টরগী
অকোয়বদ চেকপল রাংনা খাগংতুনা
উ-রা থাগৎতুনা ; শোঙনতুনা ; শারংগুম্না থমগদৌরিবনি
মীচম মীয়ামগা ডাইরেক উনদনবগী।

করিগুম্বদ উন্ননিংলবস্মু অয়াবা চে অমা পায়রগা উনবা তাবনি।
করিগুম্বদস্মু মীয়ামগী মমাঙদা পুথোরকপা
তারবস্মু ; অমোংপা তুকৎচরবা নমথিবা মনমতনা
য়োমশীনতুনা শেমলকপা হকচাংদগী নমথিবা মনম
ফৃদোরকতনবগী ঙকশমদ মুংশিবা লৈনমনা হারবা মচু
কয়াগী লৈগী জাংশুনা লেংলবা লৈপরেংনা ঙকশমদা
য়োমশীনবিতুনা মশাপুম্বা, মমাংদস্মু নোংমৈ মনীংস্মু
নোংমৈ পায়তুনা চেকশিন্না ডাক-শেনতুনা
অঙাঙবা লাইট সিগন্যালগা লোইননা
সাইরেন খোংলতুনা।
মখোয়না খোংশানগদবা লম্বীগী ওই-য়েৎতা

সিফাই পরেং পরেং লেপকদৌরিবনি ।
( মরমদি মী শোকপা য়াবা ফিবম লৈবনা )
মখোয়সি প্রজাশিংগী মরক্তগী হোইদোক্কদৌবনি
মরৈবাক নীংনবগী
মীয়ামগী সেবা তৌনবগী ।

লমদম মখোয় মরমদমবু নুংশিবা
মরৈবাকনীংবা নোংশাগী থৱায় পানবা
অনৌবা থুংলবা জীবনি ।

# কুমগী নোংনা তারক্ত্রবদা

## কোন্সম কুল্লধ্বজ

অমুবা লৈচিলগী মপৈনা
মায়কৈ শীন থুংনা কুপশিল্লক্লে
পুন্সম মম্লে তাইবঙপালসে
হরাওজরে কংলৈ লৌমীশিং।
অদুবু, তারকপা লৈখিদ্রে নোংলিক অমতন্মু
কংখ্রে লবুক-লম্মাং খোংবাল-লুক্লাং
রাজরে লৌমীশিং ;
অদুবু হরাওজৈ শেঙ্গাও পায়বা লল্লোনবশিং
ঈশৈবু শক্লি মচীন্না
"চাক তাংলো, লৌমী শিরো,
শেল লাক্লো, জগোয় শারো
হে যুমগী মুপী নিংথিবী।"
ইম্ফাল কৈথেলগী ময়াযদা
লাইনীংবশিংনা জগোয় শাই, পুং যৈ
"হরে রাম, হরে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।"
উমং লাই লম থোরকই
মুপী কৈথেল মপাদা ঙাওশন্নরকই
খা রাং কোইচেন চেল্লি।

নহারোল পাখং লৈশাশিং
লমজাও শড়ক্তা পুম্নপ পুম্নপ লেপ্পী
অরাকপা গাড়ী খংলি
তেংবাং নি।
কৈথেল ময়াইদা ফম্না খোঙভেকপনা
মুমিং তারকপদা হনখি
শিকি অমত্তসু থানবীরমদ্রবা
মহাক্কী ফিগাওত্তু পুরক্তুনা।
লৈঙাকপশিংনা লাউই
লৈবাক্কীদমক্তা থল্লু, পুন্সি কাখোকউ, শিবা কিগন্নু,
রাংখংলকই লৈঙাকপগী দলানদি
মথোল অহুমদগী মরি, মরিদগী মঙা।
চরা হেল্লি লায়রবশিং, লৈঙাকপগী দলান শাবশিং।

# অমম্বা কাচিন

**নন্দলাল বোস**

মাঙ্গেমগী মম্নবা কাচিন্নী
শীগডনন্নবা হৈবোঙ পাম্বীনী
ভাঙলবা হৈবোঙগী মন্নুংনী
সংস্কৃতিনা মপঙ কাবনী
তুমিং খরগী পুন্সিনী।

শজিবুগী থামৈদা
নোংচুপকী নোংলৈদা
তথক্লা থাঙখি
তাইবঙপান তুমিংকী
লৈমায়দা তাখি
শেগাক কায়খি।

অথৌবা অথৌবী
পাইথোরকই, ইঙক ঙকখি।
কাচিন অমগী নীংতম্বা
অমম্বদা হোৎনখি কন্নবা
অমম্বা মশেল অমম্বদা
লমজিংনখি অমম্বনা অমম্বদা।

নাথাং কোম্থাং
য়েৎথাং ওইথাং

চুত্ত চুদোয়
য়াঙোয় লাঙোয়
শরীং-শরাং
পোরম পোম্বিং
[illegible]

মন্ত্র-যন্ত্র
মকস্তীনা মকন্তী
মকস্তীনা লেপখি

নোংচুপকী নোংলৈ থীংনবা
তুমিৎকী তাইবং কন্নবা।
অপাম্বগী লান
কোনুংগী লান
মীয়ামগী লান
নীংতম লান
লান্দ— লান্নি
লূজদবা লান্নি।

থাংশাংগী জগোয়দা
রাইফলগী শাকুদা
পুন্দ্রে তুখি
ফন্ত্রাক তাখি
নোকমি নোকমিখিবরা ?
মদোম থম্বরুবদা
নোক্লীংবতুম ফাওবরা ?
মথায় মচাদো
ইজ্জৎনা বন্দিগুম পুখিদবরা ?

ঙসিদি—
নীংতমলে অথোবগী লৈকোয়পুঙদা
অপাম্বদি কংলে
পেম্বোকপদি ইঙম-ঙমদে
পেম্না নোকপদি ঙম্নদে
তুমিংনা তুমিংতা চিক্লী
তুমিংনা তুমিংকী ঈ থক্লী
অথোবগী অথোবা ঙাক্তা !

অপাম্বগী লান
কোম্নুংগী লান
মীয়ামগী লান
নীংতম লান
লান্দ লান্নি
লূজদবা লান্নি ।
লেপ্তনা শোক্নরি
ঙসিগু শোক্নরি
অশুম শোক্নরি
লান্দ লান্নি
লূজদবা লান্নি ।

# মশক লেপ্পা

## ক্ষেত্রি রাজেশ্বর

লমকোয় চঙীসিদা
মীরৈবাক মচা অমা
ভারত কোয়বা লাকখি দিল্লীদা,
সত্য-অহিংসানা ধর্ম্ম ওইবা পূন্যভূমিসিগী
থব্রায় পানবা গান্ধী ময়াম অমগী দর্শন ফংজখি দিল্লীদা,
ইতিহাসপু চঙজফম পীবিখিবা
হী য়াই চেল্লবা লাইশঙ মন্দির
সভ্যতাগী কুঠি ওইরবা ফুরা দলান
নীংথিরবা চীং-পাৎ-তুরেল
শংবানবা, ইশং শংবা লৌবুক লমহাং
ঙম্নমক শকথঙনখি দিল্লী শহরগী মফমদগী ;
অসুম্না ভারত পূম্বগী সংস্কৃতি সভ্যতা
মমুৎ তানা খঙলবা তুংদা ইঙক ঙক্লা হনখি মহাক।

হন্দক্তসু, মীরৈবাক মচা অমা
মণিপুর কোয়বা লাকখি ইম্ফালদা,
সনা লৈবাক অসিগী সনানা শাবা মীয়াম অমা থেংনজখি ইম্ফালদা
"ইম্ফাল অশোক্কী" চীংলেম্নবা বেলকোনী মথক্তগী
কৌক্রু চীংদোল লোম্না কারুই

লোক্তাক পাত্তা কুমলুই, সিরোই-লিলীসু হেক্লকই
চীংঙ্গুংহুংকী লুরবা ঈরোম্নুংদা লুপ্তুনা শান্নখি
অসুম্না নিঙথি ফজবগী শুমহৎয়াই পুবা মণি ময়াম
ফিগাও থন্না খোমজিল্লবা তুংদা ইঙাও ঙাওনা হনখি য়ূমদা ॥

# কংলা শা

মোইরাংথেম বরকন্যা

অথেঙবা অহীংদা মুংশা মপী
ফ্রইনা হোল্লি কংলা শা।
মমীৎ অনীমক মৈবুল ওইনা চাক্লকই—
লম্ফেল পাৎকী কোম্বীরৈ
অসুম অসুম লাকশিল্লক্লবদা
কারখানাগী থাউথী মপৈ
অমদি নালাগী অমোৎপা মচুম্লক্কা।
মপা-মচা মচীন-মৌপ্বা নাইনদ্রবা—
লমচৎ কাম্লবা মৈতৈ সল্লাবা অমোমশিংনা
মনীং তম্না চাক্তারি নারক মোংশোং
অমদি কৈথেলগী গলিশিংদা।
রানা শেমগৎচবী মালিগী লৈরাংশিং
শিংকুপ শানা খুজিন্না শিক্কায়রগা
লংথোক্লম্মী ইম্ফাল তুরেলদা
ফজবা মশক খঙদবা য়োংয়ামশিংনা।
ফ্রইনা হোল্লম্মা মুংশাশ্বর
অসুম অসুম পীকথরকই
মমীৎ অনীমক চেজেৎ উইশিন্দুনা
খাঙলি উপাই লৈত্রবা কংলা শা।

হৈকোল কয়া তুমহল্লরুবা
লৈকোল কয়া মাঙহনথ্রবদা
থাঙউমত্রবা অঙাংশিংনা
তানথাইরকই মথুত্তা নাউরী পায়ত্নুা
য়োং অমদি সল্লাবা অমোমশিংবু।
কৈথেল অমদি লৈকোল ঙাকপা চৌকিদারশিংনা
চৈতূপ পায়ত্নুা তান্নরকই শাউরবা অঙাংশিংহুবু
লৈবাক ব্রাথোক ওইহল্লি হায়ত্নুা।
মথুৎ চল্লবা অঙাং খরদি
তমথীনা ফৈজৈ চিংলকই
অমুক লেংওৎপা ঙমদনবা।
মৈচাক ফংলবা থম্মোয়না
মুরুম মুরুম শোল্লকই কংলা শা
তাংলৌ লৈনা থেঙবদা
"ইপাম মৈহৌরে লাংজিং মৈচাক্লে
ইতু নিংথৌ লৈতবরা খাম্বী মৈকল্লো।"

# য়েংহৈদ্রবা শকফম

নিল্লবাবু ওইনাম

ইমা !

করি মতৌনো নঙদি শক-চু ওল্লে য়েংবা ঙমদ্রে !
ফজরম্বা অতুঙৈ নীংথি নীংথি শোল্লরম্বা
ক্বাক্লা লানবাও চেল্লদ্রে, চরোইনা তেতু খোংলদ্রে
কুমজা কুমওন য়ামখরে থাদোই মপাও তাদবা !

ঝুম-ঝুম লাউরম্বী রায়-রায় তারম্বী, নঙগী শম্লাং ওইরম্বী
উনা-রানা, নোম্না জগোয় শারম্বী
শংবান্নরম্বী চীঙমায়স্থ কোকথোকপিরে পুমচাঙ ভাঙলে
শেম্বীনবা লৈতবনা নৌনা লরাই কোইরেল তাঙহল্লে।

নঙগী মীংলু ওইরিবী তরু তরুবী লোক্তাক পাৎনা
ইকাই ফীরুক খুমজরি কবোকঙ ফূমদী হাওদিনা।
মমলে মায়থোঙস্থ মায়হিঙনা মোংল মুংশিংকী কালিগা
নপারি নমোম কয়াগী অব্রা মৈশা লাংবগা।

শয়েঙ পাম্বোম ওইরম্বা থঙ্গাল টিকেন্দ্র পাউনা
হল্লকখিদ্রে পঙথরবা লৌশিং শোইরোম্বশিং নত্তনা ;
নঙগী শীংলী ওইরিবী তুরেলশিং মোংফম ওইরে
হুগী ঈচেল চেল্লে মওঙ মরীন নাইদরে।

কীম্বরে মচেৎ-মচেৎ নঙগী হকচাং লোম্না-লোম্না

ককথংপিগ্রে, মাঙম্রে মোলচাম জুকো কয়াং অনী ;
খঙদে, থাজবা ঙমদে, কৈদৌঙৈ হঙ্গিল্লক্কনি
থাদবা ঙমদে মাঙম্রগদ্রা উনা উনা অস্থুম্না !

লৌজনাম পুজনাম ওইজ ওইথক থিনবদা
য়াঙংলন শক্ক য়াওম্রে করপসন তীম্না চীকপদা
তুম্রনি শোইথরোই চৈস্তগী পাম্বে য়াওদবনা ।

নৈহাও চেনবী ইমাগী খোম্লাং অমৃত অহাওবা
পেম্মা থকপা ফংদরে চূপখিত্থনা উতাংবীনা ;
হৈরাঙ মখোঙদা হীপ্লিয়ে 'পারী নমোম খিবীক্লা
কেল্লকপা ঙাইরি য়া কাতুনা তাওজিং হৈরাং অমূনবা ।

মীগী মমা ফজবীদা কৌরুবদা খুম্লকলোই
থীরবস্থু শোল্লবস্থু ইমা নঙতনি ইমাদি ।
লায়না লীশীং চেল্লবী ইমা
নঙবু কনবা ঙম্লগা চাউথোকচগে মীমাঙদা ।

## মাঙলরোইদ্র

শরৎ খমন

নঙবুনি ঐনা কিজরিবা
নঙবুনি ঐনা তুক্কংচরিবা
অতুননি নীংগ্রী তাখৎতুনা চেল্লিবা
লুরবা কোম তৌতুনা লোংলিবা,
অতুবু নঙদি,
কোক্তা, মায়দা, মীত্তা, খোঙদা, খুত্তা
নত্রগা হকচাংগী মচী অমদা
নিঙাইদনা পক্কুনা হেক্তা লৈরম্মী
নোক্লতুনা, কপ্লতুনা নত্রগা থওই উশিল্লতুনা !
কুম্মৈ ময়ামসে য়েঙনা য়েঙনা।
নঙদি মীওইবগী তৌজমল কয়াবু
মীৎকুপ্তা মরু কোকথোকপী
মীবু মী ওইনা শীংথানহনবীদে।
নঙগী পীক্লবা লংলানা
মীওইববু ৱাংনা চিংখংপী
লৈখা তম্ন'মুকস্থু থাদবা মীৎকুপ 'মদা।
কৈদৌঙৈনো নঙগী অরোইবা মীৎকুপ
সমাজ সংসার অমদি খুন্নাইসিদগী চংখিগদবা !
নঙদি শিবা নাইদনা
লৈরদ্রনে অসুম্মক।

# খোঙ জুরা অমথক

## কুঞ্জরাণী লোংজম

সহরগী ময়োলসিমক্তদা লৈরিবা
লম্বীসিদা ইরং লংবা
লীক্লী মচেংমক্তনা
মুমিং খুদিংগী পৈশল্লে
নোংমা নোংমগী
অম্মুম অম্মুম ৱাংখংলকই।

লম্বী চংপা য়াদরে
মীয়াম কাঙবু অমা
ৱাংমা ৱাংমদা লেপতুনা
কুমহৈ য়েংলি।

খঙহৌদনা তনৌ তনৌরবা
খোঙ জুরা অমথক
লীক্লী মপৈগী মথক্তা
তপ্না তপ্না
লানথোকপা হৌরকই।

## চৈনশি ঐ[illegible] ওমশিন্নদনে

ঈরৈ মোইরাংথেম

"ঈ" তোংপ চাক চারগ
থিনগায়গ্রব থম্মোয়শিংদৈ, তপ তপ তারকপ
অ[illegible]ম্ব পিগী লিক্লাশিং, চুম চুমত্তুন থক্লগ
নঙ লৈরে, মুংঙাইন
ফৌহায় চরোং চুম্বদ
কাওজব ঙম্লে, নশান নশাবু
হিংজনবগী পাম্বে খিবদ
ফারে পারা অতৈম্সু
হঞ্জিল হঞ্জিল—
হঞ্জিল হঞ্জিল ঔরায়রবদ।
ঙসিদি—
নঙবু চৈগে, মুংশিন
নঙনসু চৈয়ু 'খোয়বু
ঙাইত্তুন লৈরে, মখোয়সু
চিনবান নিরু, হায়নিংব হায়দন
কপ্নিংব মতৌগ লোয়নন লেপ্লরে
ঈচেল তংল তোর্ব্বান্দ, খোংজোমগী
কংসি লাও ; ঙমজব
থম্মোয় ফুরু চৈ-চৈত্তুন

চৈনব মুমিংনি, চৈনশি
ঐখোয় মশেল ওনশিন্নহন কপ্ন কপ্ন চৈনশি।
কনানবু তাবিনি
লিংজেন মান্নদব
লোয়নমগী বাকংপু।

হে ইমা!
চীনগ খুংক মান্নদবী
তৌবিমল খংদবী,
কাওশিন্নরব,
কাওশিন্নরব নঙবু
মৈগী নোংসে পায়রক্লে
লাও থোংন ঙসিস্থু
চহি ১০০ গী মলোম পূরহন
হৈথরনী শোম্নদন, নঙগী নরায়বক্ত॥

# কমপুটরদা খোংজোম

কৈশাম রাণী

কমপুটরগী যুগসিদা
বিলাটনা অঙকপা কমপুটর কয়া পুথোরকই
কমপুটর কয়াতুগী মন্নুংদা অমদি লান্মীশিংগীদমক্তনি
লান্মীগী মকোক্তা শিন্নরকই ।
অনৌবা খুৎলায়দো ময়াম কোয়শীন্দুনা য়েংনৈ
লম কয়াগী মমীং ইংশোক্তা কোন্ননা সুইচ নম্বদা
মফম মতমতুগী মরু ওইবা শকফম কয়া থোরকই ।
মথং মথং শান্ন শান্ননা নমলুবদা
খঙহৌদনা থোরকই '১৮৯১ খোংজোম লান'
অতুদগী চোংথোরকই থাং
চুঙ্গোই পায়বা মৈতৈ খর
ইংরেজ লান্মী নোংমৈ পায়বা কয়াগা মায়োক্নবা ।
উবদা নোকলকই য়েংলম্বা বিলাটকী লান্মীশিং
উৎলীবা শক্তমতুগী মরমদা 'কনা 'খঙই হংলকই
লান্মী মকোক অতুনা
লান্মী পুম্বা তূমীন তূমীন লৈ করিস্তু খঙদে মওংদা
কাইনথংদা লান্মী মকোক অতুস্তু
নোকলকই 'ঐস্তু খঙদে' হায়তুনা ।
১৮৯১ গী শোক অতুগী মহুত্তা

অমুক নমলুই থোরকই শোক ১৯৯১,
মতুদা কমপুটরনা উংলকই—
খোংজোম তুরেলদা তর্পন কৎলম্বা
মপী ইরা চেম্না খুরুম্নরিবা মুপী মুপা অঙাং অহল থাক্তনা।
কমপুটরগী সুইচ অহু অমুক নমহুনা য়েংবদা
উরকই কন্না কন্না লাউহুনা
ভাষন পারাবা নেতা মথং মথং খেব চাংগী চাংখোংদা।
নাকল অমদনা নৈগী মহুং
শৈরেংগী লৈ পরেংনা অথৌবশিংগী
মফমদা খুদোল তমজরিবা কবি, কবি নেত্রি।
মওং অমনি মতৌ অমনি য়েংনৈ
লাম্নীশিং ঙাংনৈ চিবোন চিবোন
নোকই তুমিন তুমিন অর্থদি খঙদা।
মতাং অসি য়োরকলবদা অমুকস্তু
হংলকই লান্নী মকোক অহুনা
মখোয় অসি করম্বা জাতিনো ?
হন্দক্কি থোনা ফনা লান্নী
অমনা খুমলকই চাইনীজ, খরনা
অমুক জাপানীজ, বর্মিজ
অস্নুমনা চরাংনরিবৈ কমপুটরদগী
কবি অমনা লাওরকই
মাগী শৈরেংগী মতাং অমদা
মৈতৈনি ঐখোয় মৈতৈনি।

# কল্লকই

খোলচন্দ্র অথোকপম

অকনবা নিশানা শুমথহনা
ঈ-কংলবা জাতিগী য়ুম্বীওই
তেল্লকপতা ঙাইহনা লেল্লবা
মহাউ য়াওদ্রবা নখোয়বু উরগা
লৈবাক্কী সেবাদা থরায় কৎথ্রবা
কল্লকই অহুঙৈগী পারী অথোবশিং।
হিংনবগী লানফম চঙলকপদা
শরাক তম্বীবদৈ শা ওনথ্রবী
অনৌবা চৎনবীবু পামজনা ওক্লিবী
ইমাহগী মমোম নখোয়বু উরগা
মচাগীদমক খ্বাংচেৎ লাকখিবী
কল্লকই অহুঙৈগী ইমা-ইবেন।
অঙকপা লাল্লোং তৌহনা
মীয়ামগী মীৎতা উফুল চাইহনা
মীয়ামগী চাকখাউবু হংগী লাইগুম শান্নবা
ওইজবতা থিবা নখোয়বু উরগা
শেৎন-থাইন, অরৈ-নৈতা চামিন্নখিবা
কল্লকই অহুঙৈগী ইচিল ইনাউশিং॥
পণ্ডিত মায়খুম উপ লৈপাকপু থাজহন
শামুবু মশক তাকপা অপঙবা মঙাগুম

অশিঙবা শাৱিবা, অওইববু মাঙহনবা
শাগৈগী মৈভান অশিবা নখোয়বু উরগা।
মশাগী মশক ঙাক্লবা নোংমনগ্রবা
কল্লকড় অত্তুঙেগা খঙহৈবা মাঙচোশিং ॥
মীয়াম্না য়াবা মীয়ামগী লুচিংবা
নমথাক লিশীং মায়খুম লিশীং
চম্লবা নয়োই ননাউগী ঈবু
হনবা নাইদনা খোৱাংলিবা
মী মান্ত্রবা নখোয়বু উরগা
প্রজা পূন্নমকপু চেৎনা নাউয়োকখিবা
কল্লকই অত্তুঙৈগী লাইওইরবা নিংথৌশিং
মীয়ামগীদমক শিন্থাবা শাৱিবা
ওফিস শঙবগুম মতম লেল্লিবা
নোক খেবতনা ৱাজবা ঙম্লবা
লোন্ন-ফোংনা নিবতনা খুদাং চোক্লবা
লেম্নচাবা কর্ম্মচারী নখোয়বু উরগা
শূবা নোম্বতনা হুমাং কংখিদ্রবা
কল্লকই লমদমসিগী মথৌ খঙথিবা শিন্মীশিং ।
হৌজিক্তি ঈ কংলবা য়ুম্বীগী য়ুম ওইরে,
শা ওইরবী মমাগী মচা ওইরে,
ওইজবা থিবশিংগী শান্নফম ওইরে,
পণ্ডিত শাবগী লোইশঙ ওইরে,
মী মান্ত্রবা লুচিংবগী লৈঙাকফম ওইরে
লেম্না চাবা কর্ম্মচারীগী শিন্থাফম ওইরে
পূন্নমক শঙ্গ্রে নখোয়গী মচুনা
কল্লকই অত্তুঙৈগী ইমা লৈবাক ॥

# মৈরীদুনা মৈরাম্নরকখিবদা

## বীমাবতী থুমবোংময়ুম

হে ইমা চীংমী তম্মী পোকপী
নোংমা নঙগা [illegible]খি
থোনা ফরবা নচাশিং
তুরোন্নবা মচাশিংসু হৌমিন্নরকখি
মৈতৈ কংলা লৈকোন্নংশিদা ।

মখোয় মশেল মরক্তা
মীংকা মীংকা লেংগা লেংগা
থেংনবদগী হৌরকখি মৈরী
মৈরীহুনা মাকোন্নুং মৈরায়রকখি ।
ওইখি লম্বীসু য়েক্নবগী চংফম
খুরক্কী ঈনা লাই শারখি ।
লমগী যণনা মচী শাংলখি ।

মচা চানবী মমাগীদমক
নোংশা পাঙ্গলবশিং চোংথোরকখি,
লেপখি থাং চুঙ্গোইতগা
বোম তোপকী মমাংদা ।
মচু শঙখি খেবচীং
চেনখি খোংজোম তুরেলসু
নচাশিংদগী চেন্থরকপা অঙাংবা ঈতনা ।

অঙুবু হে অথৌবশিং
ভুংগী নরোয় ননাওগীদমক
নখোয়না হুননবা নিংতম্বগী মরুনা
শারেপ ফানা চাওরক্কুনা
শেংপীরে ইমাদা গনতন্ত্রগী ফিজোল
মান্নবা মীৎয়েংদা গনতন্ত্রগী শাসন।
'সিমক্তদা ঙসিসু করিগী য়ানা লেপ্লিবা
নীংতম্বগী অয়োনবা লালহৌ চংশিল্লকুনা
অতুনা ইমা ঙসিসু নাঙোন্দা, হংখিনি
নঙাক্পু হশেংনমক নিংতম্রবনে ?

## মান্নবা থিবা

### মাখোনমণি মোংসাবা

কুনগুবা শতাব্দীনা লোয়শিল্লকপা
মুমিদাংৱাইগী মমশীল্লকপা মতমসিদা
মমীৎ খুবা, মীৎথুপ য়াওদবা ময়ামতুনা
ওইদবা অৱানবগী অমম্বা মৈথুলক্তা
অচুম্বা অমা থিরি।

থাগৎলি, ময়ামনা শক্নৈ-শোন্নৈ, হায়নৈ
ওইরবোই নিঙলুই অচুম্বনি খল্লুই
চঙশিন্দুনা য়েংলুরগদি—
হা কবুই কৈওইবা,
ননীং-নমাং হোত্রোং হো···
অহাঙবা মনিল মরক অতুদা
মমীৎ খূবা, মীৎথুপ য়াওদবা ময়ামতুনা
ওইদবা অৱানবগী অমম্বা মৈথুলক্তা
অচুম্বা অমা থিরি।

অঙাঙবা, অশংবা, নাপুমচুগী অর্থ খঙদবশিংতুনা
শেৎলি-চারী মচু-মমেনগী লৈতেং কয়া
নোংচুপলোমগী মনম মুংশিবা থাউদা
মশা অপূম্বা লুপশীঞ্জতুনা ইরুজরি।

খুং থম্ফম খঙদবা, অয়েকপা জিবশিং অতুনা
কেনভাসকী ব্রাংমদা মঙক লীংথোকলক্লি।
অয়েকপা লাইনা ময়োল থোকলকলবদা
মমীৎ খুবা, মীৎথুপ য়াওদবা ময়ামতুনা
ওইদবা অরানবগী অমম্বা মেখুলক্ত্তা
অচুম্বা অমা থিরি।

নোং হেক ভাম্বোকলকপদা
ককচেং কোকচাওবী ময়াম অতুনা
অপীকপা মখুল অতুদগী থোক্লরকলি।
পীকলবা থৈনফম লৈতবা
অনীশুবা লানজাওগী বোমগী চৈনা নংলবী
সনা সরক হায়নবা লম্বী মথক অতুদা
য়েং-ওই মশক খঙদবশিংনা
হৈনা চৎপা তম্বীরি।
কুঙলবা মীরক অতুদা
মমীৎ খুবা, মীৎথুপ য়াওদবা ময়াম অতুনা
ওইদবা অরানবগী অমম্বা মৈখুলক্তা
অচুম্বা অমা থিরি।

মতমগা চুনদ্রবা মল্লবা থোরাং কয়া
লাইশৌ মপিশিং অতুনা পায়খংলি।
অমনা তৌরম্বা থবক অমনা ককথৎলি
নোকপদা লুপা কপ্পদা সনা থোকই
মখৌপোংনা হায়জবা মখোয়না
পুয়াদা ইরম্বনি হায়তুনা
শামু মনাতোনবু চরুনা শম্বীরি।

মেন-মান তাদবী, মনীং মমাং খঙদবা
মুঙ মরক অহুদা
মমীং খুবা, মীংথুপ য়াওদবশিং অহুনা
ওইদবা অরানবগী অমম্বা মৈথু [illegible]
অচুম্বা অমা থিরি।

কোক য়াওদবা হংডোইশিং অহুনা
রাজনিতিগী থাংশাং পায়থংতুনা
মখোয় মশেল য়ানথংনরিঙৈ
সহর অচৌবগী লমবোইবা চেঙজংবশিংহুনা
য়েনাখাদা তুমিন্না চঙলক্কুনা
চেঙফুদগী চেঙ কোংখ্রি।

ব্রাহ্নথোক খঙদবা নৈশিনবা লোন্দা
মীংথোল চাউনা ফঙলবশিংনা
থাংগংলি অশোনবী ইমাবু রাংনা লাম্বা ফংদনবা
অহুগা অমুক থাদরকলি মচেং তানবা
লৌখংপা য়াদবা, অকায়বা অতেকপা মরক অহুদা
মমীং খুবা, মীংথুপ য়াওদবা ময়ামহুনা
ওইদবা অরানবগী অমম্বা মৈথু মরক অহুদা
অচুম্বা অমা থিরি।

ঐস্সু পোকলকই থরায় পানবা জিবশিংহুগী মরক্তা
খল্লুই অহানবদা থাজরুই
লশিং মফোলগুম খোংলমগনি
উনগী মপৈগুম ইংলমগনি
অহুগদি অহুক তমথিবা অরাম্বা খোঙ্গেলহুনা
কয়ারক চৈবীথি খঙজখ্রিবা উরিৎ নাপংবিহুদা

চরাঙনরবা হিংবগী রাকং ময়াম মরক অদুদা
মমীং শুবা, মীংথুপ রাওদবা ময়ামসুনা
ওইদবা অরানবগী অমম্বা মৈপু মরক অদুদা
অচুম্বা অমা থিরি
পুমচুম চুম্বা
চুমসুনা অসুমক লৈরগদনা ।

# নঙগীদমক হিংজনিংহৈ

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

ইমা,
নঙবু অকনবা পোকপীনি
অথোবা য়োকপীনি হায়বদাই ?
অদুবু, উদে মীৎমাঙসিদদি
মখোয় অমত্তসু ।
সূপ্নতগী,
তীমফা-কাকফৈ, শঙ্গু-শঙ্গু
লেঙ-লেঙ চংলি
অসাবা ঈখেং থিরি ।
অদুদগী,
চূপলি ঈ, য়োমসিন্দুনা
নঙগী হকচাঙ কয়াৎসিংদগী ।
ঙকলিবদি,
থমলিবদুনি নঙনা চেংনা কোনসিন্দুনা
নঙগী তইংলবী নথাঙ্মুংদা মখোয়বু
মুংশিজরবা নচাসিংনি হায়দুনা ।
অদুবু, ঐদি হংনিংলি
মখোয়সিবু অসেংবা নঙগী নচা ঙাক্তরনে ?
ওইবা তারবদি
ঐসে নঙগী নচা ওইরমদবনা ফৈ
হেন্না ফৈ পোকপীরমদবনা

লাইবকচাউবী নঙগী সিরোমহংদগী।
ময়মদি,
নঙোন্দা ওনসিন্দুনা
অসাআ ঈ কান্নগী থৌসাহ
শীবীরমন্ত্রে, ঐগীদি নঙনা।
ঈথেংভা থকপনা
হৈনবী ওইরবা মখোয়না
লেপ্তুনা ঈ চুপথোকপদা
ভুরোম ঙামলোইরকলবী নঙবু য়েংলগা
লাউরি অমুকস্থু
থৌনা ফুদোক্লহুনা
থারগে থব্রায়সে ইমা নঙগীদমক।
মখোয়গী থৌনা, মখোয়গী খোল্লাউ
ভশেংনমক চুম্লবা হায়বহুৱনে?
খুন্মু ইমা
মসিবু ভসেংনক চুমলবরা?
অহুবু
ঐদি ঙমলোই, মুকঙম ঙমলোই
নঙগীদমক হিংজবসি নংভনা
নঙগীদমক সিবদি।
সিবু পাঙদবনি চীরোলনি হায়বা তারগদি
হে অকনবা পোকপী
অথৌবা য়োকপী
মপোক মপোক কয়াদস্থু
পোকচঞ্জরোই ঐ
নঙগী নচা ওইনা।

# থোৌনা হাপপীয়ু মখোয়দ

দিলিপ ময়েংবম

নঙগী সংবানব চীংসাংসিং
মনি ঙাকতন থললী।
নঙগী ফজরব তমপাকসিস্থ
সনা ঙাকতন ফ্রদোংঙি।
অত্থবু নঙগী য়্বারীদি
লেমজনিঙাই ওইহনদ্রি ঙসিফাওব
খুনদারিবসিংসিন।
নঙগ মরী লৈনদবদোন ত্তৌই মখোয়।
মরলদি লৈ হায়ববু য়ামন লায়রৈ মখোয়,
ফজববু থাহনবদি থরায় য়ামন য়াওই।
অত্থগ ফজববু হেনন ফজহনবগীদি
মখোয় থনব সংদে।
অত্থবু, নঙবু মুনন সকথঙব খুলগী মী
অমত্ত য়াওদবদি নত্তে ইমা।
ঐন হায়জরিবদি, মখোয় খরত্থদ
থোৌনা হাপপীয়ু ইমা
থোৌনা হাপপীয়ু
অমমব মরকত লমমাংনদনব।

# বার্তন কৎপ

## লনচেনব মীতৈ

ঙরাং অহিং মঙদ, চৎলম্মী ঐন
নোংমদোন লাইরৈবাক্ত। লৈরম্মী মফমদুদ
কম্ফম ৱাংন ফম্লদুন, মমিং তাহৌব অমদি
তাহৌদব ঈপা ঈপুশিং : শাফি লানফিনরদুন।
ঐবু হেক উবগ হান্ন শকথঙলবগুম
তরান্ন কৌরদুন হংলকই—"করিনো অতো ?"
ৱাহংদুন অঙকপবু ইকোক্ত খংতোং তোংহল্লকই।
খোইমুন খঙৌদন তোংলকপদ ঙকচোইনব লৈরাংগুম
ইকোকসি থোক-থোক নোম্মী। খুম্নুই—
"হে অথোবশিং ! চহী চাম্র শুব নীংতম লানগ
মরী লৈনন পাঙথোকপ নিংশিং থৌরমগী
বার্তন কচ্চগে লাকচবনি।"
মুংঙাইব অমদি মুংশিবতন য়ানশিন্নরব ঈচেলগী
চঙখ্রমাল্লে মখোয়গী লূ·তোংদ ইরৈদু।
হংলকই, মখোয়গী মমায়দ হরাওববু মশক নাইহল্লদুন—
"কৈদোউঙৈ .. কৈদোউঙৈ .. কৈদোউঙৈ ?"
খুম্নুই ঐনমু— "হয়েং তাং ২৫ দ নরমদুমক্তুদ।"
মখোয় তুমিন লৈনখি। মুরুম-মুরুম শোন্নখি।
চমন্নবদ খঙদবন ময়ুং-মফেন্নখ্রমাল্লে। হংলকই

মখোয়গী মরক্তগী হেন্না অহল ওইরম্ল'মন—
নত্তে, নখোয়গীসিবু থরন তাং ২৩ দ মকোই
থরন ২৫ দ। করিগীনো অসুক মাল্লব্রিব
চপ মান্নব থোরম অম পাঙথোকপদ ?
ঐ চঙকনৈ, খুমফম খঙদে।
ঙা চারুবদ মপুন ফারব হৌদোঙগুম
নত্রগসু, মমায় কোৎথোক্লগ মনীং ককথৎখ্রব
থরোইগুম ইতূক তূকথ ইথুই খুইডিন্ন. হায়রুই—
"ঙাকপিব, কথোকপ অমদি থাদোকপদন শরুক্লরব
হে য়োয়হেল্লব অথোব ইপা-ইপুশিং
ঙরাং চাখিব য়েঙ্গাংন ঙসি কাউরবসিদবু
চহী চাম্ম শুখ্রব খোংজোম লানগী নুমীৎতুবু
করম্নো নীংশিংনগদব, ইতিহাস লৈত্র লৈবাকসিদ ?
অদুবু. নীংহন্নবিগনু পাখৎপিগনু হে অথোবশিং।
থিরি হৌজিকসু লেপতন। নীংশিংবত্তদ পিরোইনরব
নীংতম লানফমত্তগী অকরুব অচুম্ব নুমীৎ অম।
সমুদ্র তরেংকী ৱাংমদ। মীরমগী ইতিহাসকী চেনাদ।
মরকসিদদি হে ঙাকপিহৈবশা !
লাকপিয়ু এপ্রিলগী তাং ২৩ দসু
অমুক্কসু তাং ২৫ দসু। নত্রগ করি করিগুম্বদ
বন্দগী চৈথেং ফংতুনা য়ৈথোক য়ৈশিন তৌবদ
পুমকোপ কোপ্লব নুমীংশিংদ শীঞ্জরিবশিংগী পেঞ্জনব।
মখোয় ৱা ঙাঙখিদে। তূমীন-তূমীন লৈনখি।
ঙাইহাক লৈরগদি য়ানিংলবগুম মকোক নোম্লরকই।
মতৌত্নদ হরাওবন ঐগী লৱাই লেমফূদ ফম্লগ
খুংথেক নাইন জগোয় শারকই। হায়রুই—

হে অথৌব ঈপা-ইপুশিং !
হয়েং লেঙবিরকপদ শাফি লানফিতদি শেংপিরকনু
খামেন চংপ খোনহুনা খদাঙচেং লাকপিরকনু
মরমদি
নরমদমহুনদি [illegible]
ঙনখ্রে অথৌবগী ভোপতোম্ম অর্থ'ম ।
মজাতিগী শক্তম'মদি মনাংপু মাঙহনবদ নীংহল্লদ্র
মাচে মচনগী মফমদ নমজা নমথেক্লব ভুম্ব
ঙইখ্রে মখোয়ন অথৌব, মীয়াম্ন মকোক নোম্নব ।
অদুগ
মমা লৈবাকপু মচেং-মচেং ফক্তুন য়োম্তোক্লগ
চানবত নীংলিব অমদি মীনম্ব ঙাঙবদ হৈনরব
মখোয়ন ফমখ্রে খোঙগ্রাই নীক্তুন মরৈবাক নীংবগী ফিদাদ ।
অদুন হে অথৌব ঈপা-ইপুশিং
শাফি লানফিগী মহুত্ত শেংপিরকউ খাদিগী ফৈজোম পূময়াং
নত্রগন স্যুট টাই ।
খুংত পায়ব থাঙশাংগী মহুং
পায়বিরকউ মচীন পৈরব অমদি ওইজব খঙলব কলম
নত্রগন পার্টি পোলিটিক্সকী মখোক কোম্লব ফিরাল ।

# মখোয়ন চংখিবগুম

দোনেশ্বর কোন্সম

চংকদব নখোয় লোয়ন চংখো।
অতুবু চংত্রিবৈঙসিদ তাখো খোঞ্জেলসিমদি
খা'ঙমদব মৈচাক্ক লোয়নরব
নুংগী খোঞ্জেল, পানগী খোঞ্জেল, ঐগী খোঞ্জেল ॥
তৌবীমল খঙদবশিং
লম্বীসিদ
খুনামফম ও মুথংলম্লগ চঙখি লোয়ন
মমীং তাঙশিন্নতুন মন। পঙশিন্নহুন
মখোয়ন চংখিবগী খোঞ্জেলন নমহংখি
নুংগী খোঞ্জেল, পানগী খোঞ্জেল, ঐগী খোঞ্জেল ॥
থাজব অমদি মীনুংশিস্থু চংখ্রে
হিংনীংদন হিংলব ঐবু লংথোক্লম্লগ
লেমহৌরিব হায়ববু
শরূ পোলাংদ উনশান কুপ্পব
চংপদ মখোল থোক্লব হকচাংসিদ মঙাইরে ॥
হৌজিক্তি
ঐস্থু চংপ তারমাল্লে লম্বীসিদ
ইমীং তাঙশিন্নতুন ইনা। পঙশিন্নহুন
করি'মত উশিন তাশিন্নদন ॥

# ঐগী থোঙজিন্দা

**শরতচান্দ থিয়াম**

লেপ্পগনু ঐগী থোঙজিন্দা
তোয়না
য়েংনীংদ্রে নঙগী শক্তম
পূমচোৎ চোৎলবা নশাদু লৈবাক নীংবা শাবশিংনা
পি খিকচিনবদা
নমথিরে নশাদুস্তু
পংলবা লৈনা কূপশিনবদা ।

কয়াম কুইনা চংখিনি
থোঙজিন অমদগী থোঙজিন অমদা ।
ঐ খঙই,
নঙনা কৌথোক্কে নীংলিবা
নচাশিংবু তিংখং তুমবৌ নেংলিবা ।

নঙগী নীংতম্বগা
নচাশিংগী অশিবা হকচাঙগা
হৌনশানি দোলাই অমত্তদা তোংমিন্নবা ।

অমুক পোকলকখিনি হায়বস্তু খঙদবা
পুন্সিগী খ্বাইদগী চাওবা য়েক্লবা অশিববু

কোনশিন্দুনা থম্মি নাম্থোকখিদনবা
নঙবু নীংজখ।
নঙগীদমক হিংজবা নচাশিংনা।

নঙদি ব্রাফম থোক্কে
নঙদি কপফম থোক্কে
নঙবু হুংশিবা নচাশিংগী মমাঙদা।

